# শিন্মী




ওল ইণ্ডিয়া ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস, মণিপুরগী শা ৩ গী চেক্লোও




Dr Nara, Minister Sericulture, Art & culture,
President AITUC Manipur addressing, Sericulture Workers' rally



Com Sotinkumar, General Secretary AITUC Manipur
addressing General Council Meeting at Margao, Goa

ভোল্যুম ১ নং ৩ জুলাই - আগষ্ট/২০০৩

# DECISIONS OF GENERAL COUNCIL MEETING HELD AT MADGOAN ON 4-6TH JULY, 2003 REQUEST TO TAKE IMMEDIATE STEPS TO IMPLEMENT THE SAME

**Decisions taken by the General Council in its meeting held in Madgaon (Goa) on 4-6-2003 on future Action Programme and on consolidating and expanding the Organisation are being given hereunder. The major task is to convene the meeting of State Working Committee to discuss in detail the organizational issues and the action programme as detailed in the composite resolution of both the aspects.**

**Apart from the above the General Council also endorsed the decision to bring about a Special Number of TUR on 2nd October, 2003 on the issue of Alternative Path of Development.**

## GENERAL COUNCIL MEETING, 4-6TH JULY, 2003 AT MADGAON (GOA)

### On action programme and organisation

The country is passing through a grave crisis While the attack on the working people has intensified, movement for resistance is also on the rise, (8th January Satyagrah, 26th February Workers' March to Parliament and 21st May All India General Strike need a special mention) While the govt has not changed its policies, some of its decision have been put on hold may be temporarily Despite the total collapse of its economic policies, there is no sign of reconsideration The battle for change of polices, the struggles in defence of the rights of the people is bound to be protracted

The united programme of action of the working masses for the last one and half years has made its imprint definitely, it has opened up prospects for its further expansion. With the heightening of the morale of the workers and broadening of the unity the offensive of the monopoly capital aided by the global transnational corporations must be repulsed. In a situation of grim class war, confrontation it is not the working class alone who can fight back the cruelest attack on the masses. Working class, therefore, must take the initiative to draw the rural masses the farmers, the agricultural workers and other sections of the people, all those who are equally hit, rallying the entire network to defeat and reverse the policies of the BJP

*Contd/- Back page*

# শিন্মী




ওল ইন্দিয়া ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস, মণিপুরগী খা ৩ গী চেক্লোঙ

ভোল্যুম ১ | নং ৩ | জুলাই-আগষ্ট/২০০৩

## ইডিটোরিয়েল বোর্ড



- মার্কুমেমন
তাংবন অমুবোই
এন পাত্রি

মমল মুপা ১০/-
চহীগী মুপা ৩৫/-

# North-Eastern Region of India
# INDEFINITE STRIKE BY OIL TRANSPORT WORKERS

The drivers and helpers of Oil Tankers, transporting petroleum products, have been on strike since 26 June on the issues of job security, compensation for death on duty, police harassment, temperature variation, parking sites and exemption from "No Entry" orders

The strike, being led by the Petroleum Mazdoor Union, has remained peaceful throughout the North-Eastern region of India

Unashamedly, the entire administration in Assam is working overtime to break the strike by requisitioning oil tankers and to try to run them with hired outside elements and forces

Such hired drivers do not even carry the mandatory "Hazardous Certificate" Thus the IOC management is violating the provisions of the Motor Vehicles Act

Neither the IOC management nor the state govt has come forward to settle the just demands of the workers

Earlier, the Petroleum Minister Ram Nath Naik had assured AITUC general secretary Gurudas Das Gupta and Secretary G L Dhar that the issue raised in their representation (presented in the meeting), - violation of Motor Vehicles Act by the IOC and other companies, themselves, provoking strike, would be reconsidered

The representation had clearly explained the circumstances - threatened retrenchment of hundreds of workers - that provoked direct action

The minister advised the AITUC leaders that during his absence abroad, AITUC should get in touch with the secretary of the ministry B K Chaturvedi.

Consequently, Secretary G L Dhar, in a communication addressed to Chaturvedi, reminded him that Gurudas Das Gupta, during his meeting with the minister after explaining the representation, had also suggested to Naik to ensure that the surplus staff, if any, be absorbed by the new company/contractors. This is the least the Indian Oil Corporation, the principal employer, should do is to assure the workers, to save them from job loss and consequent starvation 30.6.2003 •

ডিটোরিয়েল......



## শিম্মি লিশিং ৩০ থবক পীগদবা সেরিকলচর প্রোগ্রাম মাই পাকহলসি

লৈবাক্কি লেচ্ছোক, মীয়ামগী লেচ্ছোক যাম্না লৈনবা লমদমসিগী লৈহাওগা চান্নরবা সোইদনা ফরবা মুগা লং শুংবগী থবক্তা মীয়াম হুপ্না হোৎনমিন্নবা ফবে। সরকারগী মতেং নত্রগা জপানগী লেন্তং ডাইকদনা ইশাগী অরৈবা খর পুখোল্লগা, মরি মতা, মরূপ মপাং মতেং পাংনরগা মুগাগী থবক পাযখৎপদা থিনমল্লে। ছিরমসিদা ঐখোয়না ভিং ফুদোক্তুনা হোৎনরবু উরবদি মীয়াম্না খোৗবাংনা ডাইনরিবা জপানগী মতেংসু সোইদনা ফঙনি। নত্তদুনা থবক্তি ইশু চৎনিংদনা মীগী লেন্তবু হেন্না লৌনিংবগী মওংদা মীনা উত্র খংগ্রগদি লেল থাদনিংদবা তারনি। ঐখোয়গী লৈহাওসিদা মুগাগী পোৎথোক মরাং কাইনা পুথোকপা যাগনি হায়না জাপানগী মীশিংনা হায়রিবরিবসি যাম্না লাইরবক ফরনি। যাম্নসু ইকায়নিংডাইনি। খুত্থকরগাদি ঐখোয়গী ইরমদমসিদা করি থারগা চপ চারা মহৈ ফংগদগে খংদবা ভারত অমসুং মণিপুর।

তৌরিবসু ঐখোয়গী মী অযাম্বা মুগাগী থবকসিদা খত্তমিন্নবা অমসুং পামসিনবা ৱাৎনরক্তুম উই। মীগী মতেং যাউদনদি মুগাগী থবক মাই পাকপা ঙম্লোইদরক্তুমসু থম্মি। মদু ৱাখল মীৎয়েং লাম্লিবনি।

খুদম অমদা কনাগুম্বা মীওই অমনা থাদা রু· ৩০০০/৪০০০ তলব চারা, চন্দ্রাসি, চৌকিদার, কেরানি নত্রগা ওজাগী ফম অমা লৌগনি হায়রবদি রু শিশিং ৫০/- লাক্ক খি হুমদুনা পুথোক্লে হায়রা তাজথি অদুগা লম্নাই মুমদা পাঙলনা, লৌশিংনা শু নোমদুনা নোংমদা মী অমা রু ১০০/২০০/৩০০/৪০০ তানবা ঙমগদবা খুৎলাই মমল থরবুদি যামখিদ্রবা রু· ১০০০/২০০০ পুথোক্তুনা মী অযাম্বনা লৈনিংদরক্তুম তৌই। মসি লাইরবক থিরনি। রাদনা লেল তানবনা হেন্না পাম্মে। লেলনা লেল তানবা, লান্নানবা, দুকান ফঙ্গা, পোৎ শাদুনা অরাইমল তানবা পাম্মে। পোৎথোক পুথোক্তুনা তানবা লেলনা মীয়াম পুম্না চাউখৎমিন্নরবগীদমক্তা খ্বাইদগী ফরনি হায়রসি মীয়াম্না যানিংদরক্তুমসু তৌরি।

ঐখোয়গী অকোয়বদা উরিবা চিং অমসুং তমগী অশংবা উপাল রাপালশিংগী শক্তম্ জাপানগী কাংবুনা সনাগী খোনিক্তুম উই। ঐখোয়না শুংদোকপা অমসুং থবক চৎনিংবা

রাংপাদগী কান্নদবগুম উবনি। অদুম্না ইনাত্তা লৈবা, অশেংবা লোণগী মমল লৈবা পোৎলমশিংবু ঐখোযনা খঙজিন্দ্রি। অমরোমদা, মিত্রংগী মশক ওইবরা ডাবতকি চেদা নম্না পৈশাতবু অফ-ফত্তা উপায অমনা হেক্তা যাম্না লৈনবা হোৎনবদা মী অযাম্না মাগী মাগী পুন্সিগী পান্দমদগী নাথৈদুনা চৎনবগুম তৌবি। চেগী সেণ্সিমক্তি নোংমদি চৎনবরোই হাযবগা ফরক তাগদবা পোং ওইবিবনি। অমবোমদা মুগাগী পোখোক্তি হুকচাং শোক্তবগী পৃথিবীগীদমক মীযাম্না পাম্নবগী যেংলগা, মতিক মঙাল হুন্দ্রবদি লৈবরোইদ্রবনি। তশেংনমক ঐখোযগী অবৈবা পুখোক্লদুনা ঙক্নখৈ হোৎনমিন্নবদা মুগা লংগী থবক্কিদমক্তদি মীতোপকি মতেং ঙাইদ্রবসু হেন্দোক্লা চাউখৎপা ঙমগনি। মবমদি, মণিপুরদা মুগাগি থবক অসি ঙসি ঙবাংদা হৌবা নত্তে। মমাংউ নিংথৌরোল কযাদগী মুগা লং, মুগাগী ফি অদুম শিজিন্নবক্লবনি। তৌবতবু পোত্থোক যাম্না পুখোক্লবা অফবা অনৌবা মতমগা চুনবা খুৎলাই শিজিন্নবা রাংলন্থগী রাতনি। শিনফমসিবু লমদমসিদাদি নুপিদগী ওইনসু উই; তসেংবদি অফবা খুৎলাই খিদুনা নুঙাইনা কম্না শুগাদবনি। হৌজিকসু মণিপুরগী মফম কযাদা লৈবাক্তা অমদি চফু মনিংদা মুগা চিংবা চৎনবি। মদু ফাওবদা, নোংমদা মী অমনা লং পবা অমা চিংবগী চাংদা খুৎত্তমল লু ৭০/৮০ তানবা ঙম্লিবনি। অসুম্না ডাবত সবকাবনা পৈশা থাদবকপা রাংলগসু পৃথিবীগী মীযাম মমাংদা ইজ্জৎ লৈনা হিংবা ঙম্না মীওই কাংলুপ অমা ওইনা ঙসি, হৌজিক্তগী কাৱেংচাক থাবা, তিন যোকপা, লং চিংবা মুগা ফি শাবগী থবক্তা হাম্নদগী শকক চাম্মা যাংখৎনবা লাইবিক হৈবা হৈতবা, শুফম নোম্ফম খংদবা থবকসিদদি নুপা নুপি পুম্নমক হৌ হৌ তৌদুনা মায ওন্সিনবা ফবে। মুগাগী থবকসিদদি সবকাবগী থবক ফংঙগা তৌগনি ফংদ্রগা তৌরোই হাযনা খনবিরোইদ্রবনি। শেংনা হাযববদা ঐখোযনা জাপাম্না যানিংনবা শুসি- জাপানগুম্না চাউখৎকনি।

থোইদোক্লা লমদমসিদা খুৎনা শু-নোম্লিবা শিন্মিশিংবু সবকাবনা অমসুং প্রজা মশেলনা হুন্থনা যেংবগুম্না অমসু তৌবি। মসিমক্লা মী অযাম্না থবক শুনিংদ্রবনি। জপান্দদি শিন্মিশিংবু মনা মথুমে পিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎনবগীদমক চহি অমদা নোংমা ছুটি থাবিবনি। অসুম্না ঐখোযগীসু মথংগী চহিদদি 'সেরিকল্চর ডে' গী থৌরম পাংথোকপদা সবকাবগী মাযকৈদগী কনানা চহি অমদা মুগা কিলো কযা পুথোকপগে অমদি মুগা মহুম পুথোকপগে, কাৱেংচাক পাম্থি কযা যাম্না থাবগে হাযনা য়ানা থিগৎপিদুনা শিন্মি চাম্মা চাম্মা মনা মথুমে অমদি থাগৎ রাহে পিথন্নিংই। হৌজিক হৌজিক লমদমসিদা তিল মহুম পুথোকপগা লং চিংবগা মহুম পুথোকপনা হেন্নি। মসি ফাওবা ফবিবনি। ঙসিমক কনাগুম্না মনাগুম্বিনা মুগা চিংবা হৌগে হাযববদি খুদক্তা মহুম পবা অমা লৈবগা তম্মগা যাগনি। মযেক যাম্না চংদবা হৈবসু লাইবনি। মহুমদগী মুগা লংবু ওম্নবদি খুদক্তা শেল ওম্নবনি। মীযাম্না মবি লৈনবা লোযসং তাম্নবিযু। ●

# মীয়াম্না অচৌবা লান অমগীদমক শেম শাবীয়ু, লান হৌবা তাই, থেংনবা তাই সেন্টরনা মতেং পীদনদি মণিপুর চাওখৎলোই :

*- দাস গুপ্তা*

ইন্দিয়াগী লৈঙাক্লোন ইনাকখুনবা কেপিটেলিষ্টশিংগী লৈঙাক্লোননি । পার্লিয়ামেন্ট অসিসু ইনাকখুনবশিংগী খুন্দিন্নফমনি । মফম অসিদা লাইববা প্রজাশিংগী শকক মচেৎ অমত্তা লৈতে । ফৎত্রবা সিষ্টেম অসি মুখৎনবা ঐখোয় হোৎনবা তাই, লাউবা তাই । কবিগুরুনা ওমদবা তাবগদি মীয়াম্না শাখিববা লান অমা হৌনবগীদমক শেম শাবীয়ু । ঐখোয় লান হৌবা তাবনি, লান থেংনবা তাবনি ।



ব্রাফম অসি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা পায়খৎলকপা গ্লোবেলাইজেসন, লিবরেলাইজেসন অমসুং প্রাইভেটাইজেসনগী মায়োক্তা - ওল ইন্দিয়া ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস (এআইটিয়ুসি) মণিপুর ষ্টেট কমিটিনা শীন্দুনা হৌখিবা জুন ৪দা জিএম হোলদা পাঙথোকখিবা ৱার্কস মীটতা সিপিআই লুচিংবা এআইটিয়ুসিগী জেনরেল সেক্রেটরি কমরেদ গুরুদাস দাস গুপ্তা, এক্স এমপিনা লাউখিবনি ।

লমদম অসিগী নন-মণিপুরী লিদর, সিপিআইগী ৱার্কর অমসুং শিন্নী কয়া তিনখিবা মীট অদুদা দাস গুপ্তনা হায়খি, ইন্দিয়াগী ইকোনোমিদা গ্লোবেলাইজেসন, প্রাইভেটাইজেসন অমসুং লিবরেলাইজেসন তৌবকপনা প্রজাশিংনা অচৌবা শাফু পিবি । মল্টি নেসনেল কম্পনিশিংনা ইন্দিয়াগী ইকোনোমিদা লান্দারক্লুনা অচৌবা চৈথেং মায়োক্লুহল্লে । পোলিসি অসিনা খ্বাইদগী চাউনা শোকহল্লিবসি লাইববা প্রজাশিংদনি ।

গ্লোবেলাইজেসন, লিবরেলাইজেসন অমসুং প্রাইভেটাইজেসন অশম্বীনা জিএলপি হায়বগা খঙনবা য়াববা সিষ্টেম অসিনা ইন্দিয়াগী মফম খুদিংমক্তা শন্দোকখিদুনা চৈথেং পীবা হৌখিবনা মণিপুরদসু শোকহনবা হৌবে । মণিপুর সরকারনা পায়খৎলকপা দাউন সাইজিং পোলিসি অনৌবা সিষ্টেম অসিগী শকক অমনি । নোর্থ ইষ্টকী ষ্টেটশিং অমসুং

মণিপুরবু তোথায়বা মীৎয়েংনা য়েংবদগী লমদম অসিগী প্রজাশিংগী থম্মোয়দা শেন্দবা অমসুং থোইবাং- থোয়শাওনবা অমা মতম কয়াগী মমাংদগী ফুমদুনা লাক্লি । নাকল অময়োমদা লমদম অসিদা লালহৌবগী সমস্যা নমথনবনি হায়দুনা সেক্যুরিটি ফোর্স থাজিন্দুনা হ্যমেন রাইট খোজাওনবদা পুক্লিং থৌগৎলি । তশেংনা হায়ববদি লমদম অসিগী লালহৌবগী সমস্যা খুৎলাইনা নমথবা ঙম্লোই । লমদম অসি মতিক চানা চাউথৎহল্লবদতা লোইশিনবা ঙমগনি হায়বি ।

মণিপুর, ইন্দিয়াগী শকক অমনি হায়বদা ইকায়নিংঙাইহনি । ইন্দিয়াগী থ্বাইদগী পীকপা ষ্টেটশিংগী মনুং চল্লিবা মণিপুরদা লালহৌবগী সমস্যা মায়োক্লবদা নত্তনা থবক ফংদবা অমসুং লাইরবগী লুরবা সমস্যাবু ময়োক্লরি । লমদম অসিদা ইন্দষ্ট্রি অমত্তা লৈতবনা মীয়াম্না লৌউ-শিংউগী থবক্লা থ্বাইদগী হেন্না চাউবা শিনফম ওইবি । সেন্টরনা মতিক চাবা মতেং পীদনদি মণিপুর চাওখৎপা ঙম্লোই । ভারত সবকারনা মতম কয়াগী মমাংদগী তোখায়বা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লাকপদগী লমদম অসিগী প্রজাশিংগী থম্মোয়দা ফাওবিবা ঈহল অদু ঐখোয়দি খঙই অমসুং ইকায় খুম্নবসু উৎলি হায়নসু দাস গুপ্তনা ফোঙদোকখি।

লমদম অসিদা য়ুনিয়ন হোম মিনিষ্টর অথুবা মতমদা লাক্কদৌরি হায়বা তারে । মহাক্লা লাক্কদৌরিবা অদু প্রজাশিংগী লৈত-লায়র য়েংশিনবা লাকপা ওইবোই । বাজনিতিগী লৌনম-চিবোল তৌবা লাকপা ওইগনি । নোর্থ ইষ্টকী ষ্টেটশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং ইকায়বা নাইদবা বাজনিতিগী থৌশিলদা মণিপুববু শাদানফম লম্পাক ওইহনবদা লমদম অসিগী প্রজাশিংনা য়াবীকনু হায়নসু মহাক্লা পনখি ।

ইন্দিয়াগী ট্রেদ পোলিসি হোংদোকখিবনা শিম্মীশিংদা শোহল্লকখিবগী মতাং পল্লদুনা মহাক্লা হায়খি, অনৌবা পোলিসি অদুগী ফল ওইনা ঙসিদি ইন্দিয়াগী ইন্দষ্ট্রিয়েল ষ্টেট লাক্ষ ৬কী মথক্তা থোঙ লোলহনবদা নত্তনা শিম্মী ক্রোব ১৫ হেনববু থবক ফংদবা মীওই ওইহল্লে । মসিদা নত্তনা ইকোনোমিক পোলিসি অদুনা সবকাবগী কর্ম্মচাবিশিংগী প্রোভিডেন্ট ফন্দগী শেন্দোই চাদ ৫০ কক্কনি হায়না লাউথোকখ্রে । থৌশিল অদুনা সবকাবগী কর্ম্মচাবিশিংগী লুপা ক্রোব ৭৫০ চহিগী ওইনা মৎকদৌবি । হায়রিবা থ্বাফম অসিনা শোকহনগদৌবিবা সবকাবগী কর্ম্মচাশিংগী মশিংনা ক্রোব ৩০০০ হেনবনি । অসিগুম্বা ফৎত্রবা সিষ্টেম অসি ওল ইন্দিয়া ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেসনা য়াবা ঙম্লোই । মীয়ামগীদমক য়েংদুনা খোঙজং চংশিনগনি হায়না মাংজৌননা লাউথোকখ্রে । খোঙজংগী শকক অমা ওইনা ইন্দিয়াগী কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা মমাং থা মেগী তাং ২১ দা থবক লেপ্পুনা ষ্ট্রাইক চখখি । ষ্ট্রাইক অদু হৌখিবা তাং ২০গী মনুংদা পাঙথোকপা ওল

ইন্দিয়া লেডেলগী ট্রাইকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মায় পাকপা ট্রাইক অমা ওইখি । মহাক্না, ভাবতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুং চহি ৫৩ বোম মশা মতোমতা লৈঙাক শাসন তৌজবদা করি অহোংবা পীবা গুন্নবগে হায়না হংলদুনা মণিপুবদা নত্তনা ইন্দিয়াগী মফম খুদিংমক্তা মীওইবগী হক খোজাওনবা অমসুং হক মংশীবগী খোল্লাও তাবা ফংলি হায়খি । মীওই ক্রোব কয়া চানবা, শেংনবা, লৈফম অমসুং শুফম নোম্ফম লৈতবগী সমস্যা মায়োক্লবি । মখোয়গী মীকপ মীরাওখোলনা ভাবত পুম্বা নিল্লে । তশেংনা হায়রবদা ভাবত, য়াম্না নুংশিনিঙাই ওইবা ফিভমদা লৈহল্লে । ইন্দিয়াগী গ্রোস নেসনেল ইনকমদগী পৃথিবীগী খ্বাইদগী লৈশা পায়বা মীওই অহমগী চহিগী ইনকম্না হেল্লিবনি । সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী অশুনবা লৈবাকশিংগী গ্রোস নেসনেল ইনকমদগী পৃথিবীগী খ্বাইদগী লৈশা পায়বা মীওই ১৫গী ইনকম্না হেন্দুনা লৈবি । অসিগুম্বা ফিভম অসি লৈবিঙেদা লাইরবা প্রজাশিংদা শোকহনগদবা অনৌবা ট্রেদ পোলিসি শেমজিনবা হায়বসি য়াম্ন মক চুমদবা থৌওংনি হায়নসু মখা তাখি ।

চহি ৫০ হেন্না মশা মবোমদোম লৈঙাক শাসন পায়জবকপগী ফল ওইনা ঙসিদি মীওই ক্রোর কয়া ভিক্কাবি ওইহল্লে । শেন-থুমগী মায়কৈদা য়েংলুবগসু আমেবিকাগী থৌজাল মখাদা হিংলি ঙসিগী ভাবত । প্রজাশিংগী অপাম্বদি আমেবিকাগী থৌজাল মখাদা ভাবতনা হিংবা ওইবল্লোই । ঙসি ঙসিমকসু চহি ৫০ হেন্না মশানা শাসন তৌজবক্লিবা লৈবাক অসিদা প্রজাশিংদা থক্লবা ঈশিং ফংহনবা ঙমদ্রি । সেলসিয়স দিগ্রি ৫০গী ময়াদা শাববা অন্ধ্রা প্রদেশতা থক্লবা ঈশিং ফংহনবা ঙমদবদগী মীওই ১০০০গী মথক্তা শিহনল্লে । মসিবা ঐখোয়না পামজবা শাসন ? মবম অদুনা ঐখোয় করি তৌবা তাই, ঐখোয় তানবা তাই, খোংজং চংশিনবা তাই, ইনাকখুনবশিংগী লৈবাক অসিদা ঐখোয়গী হিংবগী হক পীয়ু, ঐখোয়গী তুম্বগী হক পীয়ু ঐখোয়গী শুবগী হক পীয়ু, শুবগী মমল পীয়ু, নুপীশিংগী মতিক চাবা হক ফংহল্লু , হিংবগী মমল লৈহল্লু হায়বা দাবীগা লোয়নননা । কবিগুম্বা ঐখোয়না তাক্লিবা দাবী অসি পীদ্রবদি ঐখোয় কবি তৌবা তাই, লান হৌবা তাই, লান থেংনবা তাই । মবম অদুনা মীয়াম্না অচৌবা লান অমগীদমক শেম শাদুনা লৈবীয়ু হায়না ওল ইন্দিয়াগী জেনরেল সেক্রেটরি অসিনা মখা তানা মীয়ামদা থমখি ।

ঙসিগী বাক্কর্স মীট অদুদা আইএফসিদিগী মন্ত্রী এন মঙ্গী, আর্ট এন্দ কলচব অমসুং সেরিগী মন্ত্রী ডা: নব, এফসিএসগী মন্ত্রী পিঐচ পবিজাৎ, ষ্টেট মিনিষ্টব নবদ্বিপ অমসুং ষ্টেট মিনিষ্টব তোম্বা লোয়নননা মৈবা পায়বী লুচিংবীশিংসু প্রসিদিয়ম য়েন্সবশিং ওইখি । ●

# শিল্পী নুপীশিংনা জিরিদা পিছ রেলি পাঙথোকখ্রে

ওল মণিপুর নুপী মরূপ অমসুং মণিপুব কৈথেল নুপী মকপগ্না তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়াগা খৃৎশম্নুনা শীন্দুনা জুন ১৬তা জিরিবামদা শান্তিগী থোঙচৎ অমা পাঙথোকখ্রে ।



অয়ুক পুং ১০ দা জিরিবাম হায়র সেকেন্দরি স্কুলদগী থোঙশাল্লগা জিরি কৈথেল, ইরাবত মুর্ত্তি মমাং, দিবোং খুনৌ ফাওদুনা জিরিবাম বেলবে স্তেসন অমসুং বাবুপাড়া তান্নগা জিরিবাম হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা অমুক হন্নক্লগা লোইশিনখিবা রেল্লি অদুদা "ঈ মশেল হাংনগনু", "জিরিবাম লমদমদা শান্তি পাম্মী", "মীবু মীনা ওৎকনু", "মীচম হাংপা লেপ্পু", "লাল পামদে শান্তি পামই", "নেসনেল হায়বেদা ট্রান্সপোর্টরশিংদা শান্তি পীবিয়ু" অমসুং "বেক্তম তানবা লেপ্পু" হায়বনচিংবা স্লোগানশিং ইবা প্লে কাদশিং পাইদুনা চৎখি ।

ওল জিরিবাম য়ুনাইতেদ ক্লবস এসোসিয়েসন, ওল জিরিবাম য়ুনাইতেদ ব্রুইমেল এসোসিএসন অমসুং ওল জিরিবাম মৈবা পায়বীনা মতেঙ পাংদুনা পাঙথোখিবা রেল্লি অদু লোইশিল্লকপদা জিরিবাম হায়র সেকেন্দরি স্কুলগী গ্রাউন্দা মীয়ামগী ওইবা মীটিং অমসুং ওল মণিপুব নুপী মকপকী চিফ পেত্রোন, এম গম্ভীনী, ওল জিরিবাম মৈবা পায়বীগী এডভাইজব, পিএচ বাধে, ওল মণিপুব কৈথেল নুপী মকপকী প্রসিদেন্ট, ব্রাই ইবেনী, ওল মণিপুব সোসিএল রিফোর্মেসন এন্দ ডিবলপমেন্ট সমাজগী জেনবেল সেক্রেটবি, কে তরুনী দেবী, ওল মণিপুব কৈথেল নুপী মকপকী জোইন্ট সেক্রেটবি, এল মেম্মা দেবী, জিরিবাম হায়র সেকেন্দরি স্কুলগী ভাইস-প্রিন্সিপাল, টিএচ কেতুকী দেবী, ওল মণিপুব মুস্লিম চনুবা ডিবলপমেন্ট ওর্গনাইজেসনগী জেনরেল সেক্রেটবি, জানো বেগম অমসুং ওল মণিপুব নুপী মকপকী ভাইস-প্রসিডেন্ট, টিএইচ শখিতোম্বীনা প্রসিদিয়ম ওইদুনা পাঙথোকখি ।

মীক্ষম অদুনা তোঙান - তোঙানবা ৱাবেপশিং লৌখি । ৱারেপশিং অদুদি খুৎলায় পায়বশিংনা মীচম প্রজা হাৎপা, ফাবা, ফুবা তৌরকপদা জিরিবামগী নুপীগী ওর্গনাইজসনশিংগা ইম্ফাললোমগী নুপী ওর্গনাইজেসনশিংগা পুন্না হন্নবা লৈতনা খেঙনবা, জিবিবামদা মীয়াম প্রজা মতম পুন্নদা তংদু লৈতানা লৈনবা সরকারগী সেক্যুরিতি ফোসশিংনা ওৎপা নৈবা তৌরকপদা মণিপুরদা লৈবা নুপী ওর্গনাইজেসন খুদিংমক্না মখা তানা অকনবা খোঙজং চঙশিনবা, জিরিবামদা কাঙলুপ মশেল চান্ন-চিন্ননা লৈমীন্ননবা মমা ওইবীশিংনা খুদক্কী পুনশিন্নগা মীয়াম ভাব তাহন্নবা এৱারনেস পীবা, জিরিবামদা করিগুম্বা খোকহন্নিংদবা থৌদোক-ৱাখোক হেক লাকপদা ইম্ফালদা লৈবা নুপী ওর্গনাইজেসনশিংনা মতেঙ পাংবা অমদি শরুক য়াবা অমসুং নেসনেল হায়বে নম্বর - ৫৩ অথুবা মতমগী মনুংদা শেম্মীনবা মবি লৈনবা অথোবিটিদা তকশীনবা, করিগুম্বা শেম্মীয়ু হায়বা য়াদ্রগনা পিছ কমিতিনা অকনবা খোঙজং চঙশিনবা হায়বশিং অসিনি হায়না পাউ অসিনা হায়বি । ●

# জিরিবাম চা ফেক্টরি চলাইরবদি চহিদা লুপা ক্রোর ১.৫৫ গী শেন্দোং তানগনি

## চাগী ফেক্তরি অসি কম্মিসন তৌনবা শেল থাদবনা হেন্না শিংবা সরকারগী থৌরাং ওইগনি

মণিপুবগী জিবিবাম টি ইষ্টেটতা থাবিবা চা পাম্বীশিং অসিদগী থোকপা চাগী পোখোক অসি য়াম্না ফবা মখলগী ইন্টবনেসনেল টি মার্কেটতা য়োনবা য়াবা চা মনা মখল অমনি হায়বসি পৃথিবীগী চা পুথোকপা ম্বাইদগী হেন্না মমিং চৎলবা জে থোমাস এন্দ কো কৌবা কম্পেনিগী টি টেষ্টবশিংনা মহাও তংদুনা য়েংলবা মতুংদা ফোঙদোক্লম্বা ৱাকমনি । মবম অদুনা মণিপুব প্লান্টেসন ক্রোপস কোর্পোবেসন লিমিটেদকী মখাদা শাখিবা মণিপুব টি ইষ্টেট জিরিবামগী চাদা ৯০ গী চাংদা শাবা লোইশিল্লবা চাগী ফেক্টবি অসি মখা তানা শেম্ছং পীথদনা মুথৎপা হায়বসি মণিপুব শেমগৎনবা হোৎনবদা হৌজিক ফাওবদা হৌজিক ফাওবদা কোর্পোবেসন অসিনা লুপা লাক্ষ ২১৪.৭৬ খবচ তৌম্রবনি অমদি ৱাৎলিবা হায়ববু ফেক্তবি অসি চলাইবা য়ানবা চঙগদবা অহেনবা থবক খবতমক

মণ্ডাইববনি । টি ফেক্টরি অসি পোখোক পুখোকহনবা কম্মিসন তৌবদা চঙগনি হায়না পারিবা ফিক্সদ এক্সপেন্দিচর লুপা লাক্ষ ১০৯.৫০ অমসুং মতম মতমগী পোং পুখোকপদা চঙগদবা ভেবিয়েবল কোষ্ট ওইনা লুপা লাক্ষ ৮৯.২০ পুম্না লুপা লাক্ষ ১৯৮.৭০ খক্তা মণ্ডাইরবনি । টি ফেক্টরি অসি কম্মিসন তৌদুনা চলাইবদা অহানবা চহিমক্তদা লুপা ক্রোর ১.৫৫ গী শেন্দোং তানবা ঙমগনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা পানরি ।

চাগী ফেক্টরি হায়সিমক্তবু মশাগী লৈজবিবা চা বাগানদগী চা মনা হেক্লগা ফেক্টবি অদুগী মচিঞ্জাক (বো মেটবিয়েল) হনবা মরম্না অতৈ কোর্পোবেসনশিংগী মওংগা খেন্নবা লৈগনি । অতৈগী বো মেটবিয়েলশিংদি ষ্টেটকী মপানদগী পুশিল্লকপা ঙাক্তনি । অদুবু কম্মিসন তৌরবা মতুংদা চাগী ফেক্টবি অসিগীদি ষ্টোক বাংনিংঙাই অমসুং ষ্টেটকী মপানদগী লৌনিংঙাই মচাক লৈতে । মসিগীসু মথক্তা ষ্টেট অসিগী ইকোলোজিদা শুংশোক শোকহল্লবোইদবা মখলগী কোর্পোবেসন অমসুনি । মণিপুব পল্পস এন্দ এলাইদ ইন্দষ্ট্রিজ লিমিটেদকী বেম্বু চিপ্পিং প্লান্ট হায়দুনা জিরিবামদা লৈবিবা অসিদা সিলচবগী পঞ্চগ্রামদা লৈবিবা চেগী মিলদা বা থানবগীদমক জঙ্গল কোকখোক্তুনা ষ্টেট অসিগী ইকোলোজিদা শোকহল্লি । মণিপুব পুলিস হাউসিং কোর্পোবেসন  অমসুং মণিপুব ত্রাইবেল দিভলপমেন্ট কোর্পোবেসননচিংবনা তৌবিবা থবকসু পি দব্লিউ দি অমসুং ত্রাইবেল ৱেলফেয়র দিপাটমেন্টনা তৌবিবা থবক্কা চপ মান্নবনিনা মখোয়শিং অসি দিপার্টমেন্টশিং অসিগী মখা থাবা ব্রাঞ্চকুম্বনি । মবম অদুনা কম্পেনি অনি অসিদা পীরিবা ইম্পোবটেন্স অসিদি পীদ্রবসু য়াবনি । অদুবু এম পি সি সি লিমিটেদপুদি মীংয়েং অসিগী বাংমদা ফাইনান্স দিপার্টমেন্ট, মণিপুবনা থম্বীবি । মসিগী মহুত্তা কোর্পোবেসন অসিদা বান টাইম ফন্দ (কোর্পস ফন্দ) অমা থাদবীদুনা চা পাম্বী থাবগী থবক অমদি ফেক্টবি শাবা লোইশিন্দুনা কম্মিসন তৌনবা থবক মণিপুবগী ফাইনান্স দিপার্টমেন্টনা লৌখৎপনা হেন্না কান্নগনি ।

চীংগী লমদা ঝুম কল্টিভেসন লেপহন্নবা অমসুং ষ্টেট অসিগী শেল-থুমগী ফিভম অমদি থবক ফংদবা মীওইশিংদা থবক পীনবগীদমক টি বোর্দ ওফ ইন্দিয়ানা থাবা য়াই হায়না  মফম খন্দোক্তুনা পীববা এবিয়াশিংদা টি গার্দেন শেমগৎপগী তঙাইফদবা লৈবে । চাগী ফেক্টবি অসিগী প্রোজেক্ট অসিনা হেক্টব ৪২৫ দা চা পাম্বী থানবা পান্দম থমদুনা লোকেল ওইবা মীয়ামগী সমাজিক অমসুং শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহনবগা লোইননা মীওই ১০৬২ পার্মেনেন্ট লেববব অমদি চহি অমগী মনুংদা থা ৪/৫ থবক শুবা কেজুয়েল বার্কব ৩০০ লোম থবক পীবা ঙমগনি হায়বি । মসিগী মথক্তা ফেক্টরি অসিগী

মখা থাবা ইন্দাষ্ট্রিশিং তৌদুনা মীওই কয়া থবক পীবদা মতেং পাংবা ওমগদবা প্রোজেক্ট অমসুনি । এম পি সি সি কোর্পোরেসন লিমিটেদকী ওইনা রেজিষ্ট্রেসন তৌবা মতমদা কোফি অমসুং চাগী প্রোজেক্টশিংগী ওইনা ফন্দ লুপা ২৩,৯৩,৯৫৫ চঙগনি হায়না পাখি । মসিদা চাগীনা লুপা ১৭,২৮,৯১,৯৫৫ অদুগা কোফিগী প্রোজেক্টকীনা লুপা ৬,৬৪,৯৯,০০০নি । এষ্টিমেট অসি অবিবা খুৎশুমল মী অমদা নোংমদা লুপা ৮গী চাংদা পীবগী মওংনি অমসুং ১৯৮২-৮৩ গী মতমদা লৈবস্বা এম/এস এন্দ্রিউয়ুল এন্দ কো কলকত্তাগী টি বোর্দ ওফ ইন্দিয়ানা অয়াবা পীববা মওংশিংগা লোইননা কম্মর্সিয়েল ভেনচব অমা ওইনা মণিপুর টি ইষ্টেট জিরিবামনা চা থাবগী থবক হৌগৎলকপা মতমগী বেটনি ।

কোর্পোবেসন অসিগী শেল-থুম লাকফম্না গভর্নমেন্টকী শেয়াব কেপিটেল অসি অহানবদা লুপা ক্রোব অনি ওইবস্বদগী ১৯৮৯ দা ক্রোর ১০ অমসুং ২০০০দা ক্রোর ২৫ দা হেনগৎখি ।

হৌজিক ফাওবদা কোর্পোবেসন অসিনা টাগেট তৌখিবা হেক্তর ৪২৫গী মনুংদা হেক্তব ৩২৪ দা চা পাম্বী থাম্রে । মসিগী মনুংদা পোখোক লৈববা চা পাম্বী হেক্তব ১৫০ দা লৈবে, লেমহৌবিবশিং অদুসু মেচ্যুয়ব ওইরবা অমদি চাউখৎলক্লিবা পাম্বী ফজনা হৌবে । অকক্লবা শেনফম অমগী মনুংদা চা থাবগী থবক অসি পায়খৎপা মবম্ন া মেনেজমেন্টনা নেকপা ওম্বা মেন পবাব খবা প্রোজেক্ট বিপোর্টতা এগ্রুভ তৌখিবা অসিনদি তাম্লিবা পম্বুং অদু য়ৌনবা চঙশিনবা মশানা বাবা তাবনি । হৌজিক ফাওবদা কোর্পোবেসন অসিনা ফংখিবা শেল থুমগী মতেংদি টি বোর্দ ওফ ইন্দিয়াগী নিউ টি য়ুনিট ফাইনান্সিং স্কিম ওফ নন-ত্রেদিসনেল এবিয়াদগী হেক্তব অমদা লুপা ৪০,০০০গী চাংদা পীবা লোন, হেক্তব অমদা লুপা ২৫,০০০ গ্রান্ট সবসিদিনি । টি বোর্দ ওফ ইন্দিয়ানা কাইথোকখ্রবা চা পাম্বী থাবগী লোনগী শেনফম্না লুপা লাক্ষ ১১৪ অমসুং সবসিদিগীনা লুপা লাক্ষ ৭১.২৫ নি । ১৯৮৫-৮৬ তগী কোর্পোবেসন অসিনা অশঙবা চা মনা হেক্লুনা য়োনবগী চাং চহি খুদিংগী অসুম হেনগৎলক্লুনা ১৯৯৯-২০০০ ফাওবা তানবা ওমখি । অদুবু মখা তাবকপদগী চা বাগানশিং য়েংশিনবা সবকারনা মতেং পীদবদগী কোর্পোবেসন অসিনা চা মনা য়োনবা তোকখি ।

মরম অদুনা চা থাদুনা শেন্দোং তানবগী মথক্তা মশানা ফেক্তবি লীংদুনা চা মনা ইন্টবনেসনেল মার্কেটতা পুথোক্লবা হোৎনবিবা প্রোজেক্ট অসি হিংহনবা চুমগনি । মসি মশানা শেন্দোং লৈবা প্রোজেক্ট অমনি । মসিমক্তা লিজদা এম / এস জে কে জৈন

এন্দ কো কৌবা কলকত্তাগী ফার্ম অমনা লৌনবা হোৎনবা মতমদা মহৈরোইশিং অমসুং মীয়াম্না থিংখিবনি । মখা তারকপদা হৌজিকসু বোম্বেদগী কম্পানি খবা অমসুং খৃষ্টান মিসনরি এন জি ও অমনা মণিপুর ফাইনান্স দিপার্টমেন্টকী মতেংগা লোয়ননা লিজদা চা বগান অসি লৌশিন্নবা হোৎনরে হায়বগী পাউসু মীয়াম্না তানরি । শেল চঙবা কিদুনা থাদখিবা শেনফম মাঙহনবা অমসুং শেন্দোং ফংগ্রে হায়দুনা টেষ্ট তৌগ্রিবা কোর্পোরেসন অমবু মুখৎপা হায়বসি প্রজাগী শেল মাঙহনবা অশোয়বা থৌশিল শোয়দনা ওইগনি । কোর্পোরেসন অসি হিংগৎহন্দুনা ফেক্টরি কম্মিসন তৌনবা হোৎনফম থোকই । ●

## রবর পাম্বী ৫ না অপিকপা ইমুং অমা লায়না থাকপা ঙম্মী

রবর পাম্বী ৫ খক থাবগা মদুদগী থোরকপা ইনকম্না মীওই ৫/৬ চাবা ইমুং অমা লায়না থাকপা ঙম্মী । অদুবু হেক্টর ৪০০ দা মশিং খঙদনা হৌরিবা ববর পাম্বীশিং অসিনদি করিগু লৈতবা কর্ম্মচাবি খবাগী খুৎশুমল পিবা ঙমদবদগী জিবিগী বব্বর প্লান্টেসন ফার্ম ওসিদি খাঙেনফম য়ৌরে । করিদগী মুৎকদৌবিবনো ফার্ম অসি । মহৌশাগী পীথোবকপা গুণদা জিরি অসি রব্বর পাম্বী থাবদা য়াম্না চুশিন্নবা লমদমনি । জিবিবাম সব ডিভিজন্দা হৌবিবা বব্বব পাম্বীশিংদগী পুথোবকপা রব্বরগী পোথোক কালিটি য়াংই । ইন্দিয়াগী অচৌবা ফার্মশিংনা পাম্না লৈনৈ । প্রাইভেট ফার্মশিং মায় পাকই । অদুগা হিংনবগী লম্বীসু ওই । শিনফম অসিনা হিংবা ইমুং মশিং য়াম্না লৈরি ।

রব্বব পাম্বী অমগী মপুক্সি অসি চহি ৩০ দগীনা ৩৫ ফাওবনি । কবিগুম্বা মতমদা চহি ৪০ য়ৌবসু য়াওই । পাম্বী অমনা হৌবদগী পাবগা চহি ৭ শুবদগী বব্বব শুংবা হৌবা য়াই । চহি ৭ শুবদগী অদুদগী মহাক্কী মপুক্সি চুপ্পা কান্নবা পী । বব্বব পাম্বী অমদগী বব্বব সিট শুংদোকপা ফাওবা অকবা প্রোসেস নত্তে ।

চহি ৭ শুবকপদগী পুংকক চাউববা বব্বব পাম্বী অমদগী মখোম থোকপা হৌই । পাম্বীগী মউ অদুদা সেন্টিমিটিব ১০ বোম সেলৈননা সার্কুলব মওংদা কক্লগা য়ুবী মনীং মানবা বব্ববগী কম্বী অমদা থোবক্লিবা মখোম অদু তুংশিল্লি । কম্বী অদুদা তুংশিন্দুনা লৈবম্বা বব্বব মখোমশিং অদু অয়ুক্কী পুং ৬-৭ ফাওবগী মনুংদা (পাম্বী অদুদা নুংশা মতিক চানা য়ৈদ্রিঙৈদা) লৌশিলহৌগদবনি । লৌশিলহৌরবা কম্বীশিং অদুদা য়াওবম্বা গমগুম্বা অঙৌবা মহি অদু এলুমিনিয়ম ত্রে অমদা হাপ্লগা ঈশিংগা স্নান্নবগা তিংদুনা থমগনি । পুং ২৪ বোম তিংলবা মতুংদা খব কনশিন্নক্লবা মতমদা রব্বর মপাক ওন্নবা

মেছিন্দা থাজিন্দুনা তক্কবা মতুংদা রব্বব সিট ওনগনি । রব্বর বো সিট অদু মচু ওন্নবা অমসুং চেংশিলহন্নবগীদমক স্মোক হাউসতা থাজিন্দুনা মৈথু অমসুং লৈকাং চাহনগনি । হায়রিবা প্রোসেস অসিনা লেপ্তনা নুমিৎ ৬নি চথগদবনি ।

মণিপুব সরকারগী উমংগী লোয়শঙগী মখাদা জিরিবামগী উচাথোলদা লৈবিবা বব্বর প্রোসেসিং য়ুনিট অসি ইং ১৯৮৬কী এপ্রিলগী তাং ২ দা শঙ্গাখি । য়ুনিট অসিগী মখাদা চাউখ্রবা লম হেক্টর ৪০০ দা মশিং খঙদ্রবা রব্বর পাম্বী পাক্তক্লনা থাদুনা থবক পায়বা হৌখি । হেক্টর ৪০০ অসি নত্তবা অতোপ্পা মফমশিংদসু থাখি । থাগ্রিবা মফমশিংনা হবিনগবদা হেক্টর ১৬, অম্মাপুবদা হেক্টর ১০০, য়াবোনপোকপীদা হেক্টর ৩০, খাসিয়াদা হেক্টর ২৩০, উচাথোলদা হেক্টব ৬, দিভিজন কম্পাউন্দা হেক্টব ২, সাবু ঘাটতা হেক্টব ২০ অমসুং বোবোইখান্দা হেক্টর ১৪৩ নি

উচাথোলদা লৈবা রব্বব রেঞ্জ ওফিস অসিগী মখাদা বব্বব প্রোসেসিং য়ুনিট ২ লৈ । অমনা উচাথোলমক্তদনি । অদুগা অতোপ্পা অমদুনা বোবোসখান্দনি । য়ুনিট অদুগী মেছিনশিং অদুনা চহি ১ হেন্না তলব ফংলকত্রবা শিম্মীশিংনা হবানবশিংদগী ঙাকথোক্তনা লৈ ।

হৌজিক লিটব ২ চনবা ত্রে ৪০ দগী রব্বব সিট কেজি ২৮ দি উচাথোলগী য়ুনিট অসিদগী পুথোকপা ঙম্মি । য়ুনিট অসিনা মপাল ফবিভেদা হৌজিক্কী পোথোক অসিদম্মী য়াম্না হেন্না সিট ৫০০ রোম নোংমদা পুথোকপা ঙম্মী । য়ুনিট অসিদগী পুথোবকপা সিটশিং অদু মপাল লম মোদি, এম আর এফনচিংবা ফার্মশিংদা ওঙ্গন তৌদুনা য়োনগদবনি । য়োনবগী মমল মতম মতমগী খেংনববসু কেজিদা লুপা ২০ দগীনা ২৫ ফাওবা ওইগল্লি ।

ফোবেষ্ট দিপার্টমেন্ট অমসুং মণিপুব সবকাবগী করম্বা থৌশিলদগীনো খঙদনা চহি অনি হেন্নক্কবা ফাওবদা বব্বব সিটশিং ওঙ্গন তৌথোক্তনা মপৈ ওইনা তাদুনা লৈ । হায়বিবা বন্দলশিং অদু লুপা লাক্ষ ৩.৫ বোমগীনি । অদুগা অতোপ্পা মফমশিংদা পৈদুনা লৈবিবশিং পুনশিল্লবদি লুপা লাক্ষ ৫ বোমগী ওইগনি হায়বি ।

উচাথোলগী বব্বব য়ুনিট অসিদা ষ্টাফ ১০ লৈবি । বব্বব ফার্ম অমসুং প্রোসেসিং য়ুনিট অমদা তোঙান তোঙানবা মখলগী নোর্মেল স্কিল অমসুং অনস্কিল লেবর হায়না থমগদবনি । অদুবু য়ুনিট অসিদদি মথোঙ মবম খঙদনা লৈবি । খুদম অমত্তং পন্দুনা হায়ববদা ফার্মশিংগী মবক্তা লম্বী থোং ফত্তবদগী হিদা পোং পুবক্কবা থম্লিবা বোটমেন অদুনা টেপব ওইনা শিজিন্নবি। অদুবু লৈবিবা ষ্টাফশিং অদু শিজিন্নবা মওংদা শিজিন্নববসু চহি ১ হেন্না তলব পীবিদ্রে । মসিমক্তা পোথোক অমসুং ফার্ম অসি মুংহন্নবগী মচাক ওইবে ।

ফার্ম অসি শিহল্লকপগী অতোপ্পা মরম অমনা মণিপুর সরকারনা ফার্ম অসিদা শেল থাদরকপা লেপখিবনি । বব্বর ফার্ম অমদা মখল কয়াগী হ্যার চাইবিবা দরকাব ওই । হ্যাব চাইবদা নত্তনা তিল কাঙশিংদগী ঙাকথোক্লবা সেবা তৌবিবা তাই । ফার্ম অমদা রব্বর মহি লৌনবা হোৎনবদা তঙাইফদনা চংবা টেপ্পিং নাইফ, কপ হেক্সর অমসুং ফিদিং কপ হেক্সরনচিংবা খুৎশু খুৎলায়শিংসু কেবলাগুম্বা থৈটশিংদগী লৈবা তাই । হায়রিবা থাফম অসিসু মণিপুর সবকারনা শেল থাদবা লেপখিবদগী তঙাইফদনা শীম্লীশিংনা যুবী মনিংনা কপ হেক্কর শাদুনা শিজিন্নরি ।

মপুং ফানা মায় পাক্তনিংঙাই লৈত্রবা ফেক্টরি অসি হিংনা হিংনা শ্বব শংখিবগী তোঙান তোঙানবা মবমশিং লৈ । মবমশিং অদুগী মনুংতা ফোবেষ্ট দিপার্টমেন্টকী মকোকথোংবা ওফিসিএলশিংগী অমোংপা, শীম্লীশিংগী পুকচেল মকপা, শীম্লী অমসুং ষ্টাফশিংগী তলব পীবিদবা অমসুং মার্কেটিং হৈত্তবা পনবা য়াই ।

বব্বব পাম্বী ৫ না অপীকপা ইমুং থাকপা ওন্নবদি হেক্টব ৪০০ গী মথক্তা লৈবা এবিয়াদা হৌবিবা বব্বর পাম্বীশিং অসিনদি কুপ্পা খল্লুববদি জিবিবাম সব দিভিজনগী ইমুং অয়াম্বা থাকপা ওমগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই । থৌবাং অসিমক পায়খৎপদা মতম থেংমল্লবনি । সবকারনা কান্নবা মওংদা শিজিন্নদ্রবা উপাম্বীশিং অসি কনাগুম্বা খরদদি পৈশা পাম্বীনি । নিংথিনা য়েংশিনবীদ্রবা মপু পান্দ্রবা পৈশা পাম্বীশিং অসি মতম খবাগী মনুংদা লেপকং কংলগনি । মতম অদুদা জিবিবাম সব দিভিজনগী প্রজাশিংনা মণিপুব সবকাববু শিববসু মকনা য়ুসনু হায়বা মীশকুম লৌখিবা য়াই ।

---

# অরুন্ধতী রোয়না আমেরিকা চৈদুনা আমেরিকাদা ঙাঙখিবা ভাষন



*- লোংমাই পন্ডিত*

আমেবিকাগী 'Centre for Economic and Social Rights' না শীন-লাঙদুনা হৌখিবা মে ১৩, ২০০৩ দা নিয়ু য়োর্কতা লৈবা হার্লেম হায়বা মফম অদুদা ভারতকী মমিং চংলবী অইবী অমসুং এক্তিবিষ্ট অরুন্ধতী রোয়না বা ঙাঙখি। মফম অসিদা পৃথিবীগী মমিং চংলবা মীশক কয়া কৌরগা লান, শান্তি অমসুং সোসিয়েল জস্তিসকী মায়োক্তা তৌবিবা

থবক-থৌরম, অরানবা পোলিসী কয়াগী মবমদা যা ঙাঙহল্লি। হৌখিবদা মফম অসিদা, Martin Luther King, Nelson Mandela, Fidel Castro নচিংবা অচৌবা মীওইশিং অসিনা ভাষণ পীখ্রে। ভারতকী থৌনাফম্রবী চনুরা অরুন্ধতী রোয়না 'Instant-Mix Imperial Democracy · Buy one, get one free' হায়বা হীরম অসিদা লেকচর তৌখি। মাগী ভাষণ অদু য়াম্না শাংঙি। মফম লৈতবা মরম্না, মদুদগী য়াম্না শমজীন্নগা মচং ওইবা বাফম খরদং লৌখৎলগা মখাদা হন্দোক্লুনা পীজবি। পৃথিবীদা হৌজিক ওইরিবা দেমোক্রেসীগী বাফম, গ্লোবেলাইজেসনগী সমস্যা, আমেরিকাগী ফোরেন পোলিসীগী অশোয়বা, নীংতম্বা ফংদবা, মীওইবগী হক অমসুং মশাগী মশক মাঙশিন্নকপগী ফোক শারিবা বাফম কয়া নৈনবি।

অরুন্ধতী রোয় মগুণ লৈরবী, ইংরেজীনা শাদোঙ ওইরগা লাইরিক ইবী ভারত চনু অমনি। খৃ: কু: ১৯৯৭ তা ফোঙবা মাগী নোবেল 'God of Small Things' অদুদা বুকর প্রাইজ ফংখি। লাইরিক অসি পৃথিবীগী লোন নিফুদা হন্দোকখ্রে। মনাগী ওইনা ফংলকপা শেনফম অদু নর্মদা কন্নু আন্দোলনগীদমক্তা কৎথোকখি। হন্দক্তা মঙোন্দা আমেরিকাগী Lunan Foundation না লুপা কোতি ১.১৬৬৭ কী কলচরেল ফিদমগী মনা অমসু পীখি। হায়রিবা শেনফম অসিসু মহাক্না পান্দম অসিদা থবক তৌরিবা সংস্থান অমসুং মীওইশিংদা য়েন্থোকখি। অরুন্ধতী রোয় মশাগী অচেৎপা ফিরেপ লৈবী, অনীংবা কয়া অকিবা লৈতনা ফোঙদোকপা ঙম্বী, নর্মদা কন্নু হায়বা আন্দোলন্দা কন্না চঙশিন্নিবী, পূকচেল চাউরবী অমসুং মীকি-লাইকিদবী বিপ্লবী অমনি মাগী লাইরিকশিং খরদি - 1) In Which Annie Gives It Those Ones (ফিল্ম স্ক্রিপ্ত), 2) Electric Moon (ফিল্ম স্ক্রিপ্ত), 3) The Great Indian Rape Trick, 4) The end of Imagination (রাজনীতি নৈনবা রারেং), 5) The cost of living (রাজনীতি নৈনবা রারেং), 6) The Algebra of Infinite Justice (রাজনীতি নৈনবা রারেং) অসিনচিংবনি। হৌখিবা মার্চ ২৫, ২০০৩ দা ঐগী কাখল অসিদা অরুন্ধতী রোয়গী মরমদা ঐনা অসুম্না ইজখি - "অরুন্ধতী নহাক শিখিবা য়াদ্রি। নহাক্কী থৌদাং য়াম্না লৈবি। নঙগুম্বী থৌনা ফবী, লাইরিক হৈবী কয়া দরকার ওইরি।"

**অরুন্ধতীগী অশম্বা ভাষণ :**

সমস্যা কয়ানা থল্লবা ঙসিগী পৃথিবীনি। হৌজিক ঐখোয়না লাম্না শাথিনা মাঙহন-তাকহন্নবা ইতিহাসকী তমথিররবা লম্বেল অমদা চংলি। মদুদা থেংনগনি - তেক-কায়রবা শহর কয়া, লৈকঙলা ওল্লবা লৌবুকশিং, লুপশিনখ্রবা জঙ্গলশিং, কংলবা টুরেল কয়া

কয়া। ঙসিগী নুমিদাং অসিদা ঐনা নখোয়গী মফমদা ঙাঙগদৌরিবা বাফম অসিবু করিনো ? ভারতকী নাগরিক অমা ওইনা লাক্লগা মফমসিদা ঐনা আমেরিকাবু চৈগদৌরি। করিগুম্বা লৈবাক অমনা, লৈবাক ওইবা তোক্লনা অচৌবা এম্পায়ার (Empire, সাম্রাজ্য) অমা ওইরক্লবদি কমদৌগনি ? মসিদা অহোংবা কয়া শোয়দনা লাক্লনি। ঙসি ঐনা মফম অসিদা আমেরিকান এম্পায়ারগী নাগরিক অমা ওইনা বা ঙাঙজগে। ঐগী নিংথৌরেলবু চৈ-থাংদুনা বা ঙাঙজবা মীনায় অমগী শক্তম লৌজরি।

খৃ: কু: ১৯৮৮ দা আমেরিকানা শোয়বদগী ইরানগী এরোপ্লেন অমা কাপথায়দুনা মীচম ২৯০ হাৎখি। থৌদোক অদুগী মথমদা, মতমদুগী প্রসিদেন্ত ওইরিবা জর্জ বুশ (অহানবা) দা হংবা মতমদা মানা খুমখি - "আমেরিকাগীদমক ঐনা কৈদৌঙেদসু লাল্লে হাইজরোই। অচুম্বা অদু ঐনা করিসু থৌশাদে।" (I don't care for the fact.) মসিনি আমেরিকানা পোওলিবা, ফল্লিবা, চাউথোকইবা। মখোয় অচুম-অরান কবিসু থৌশাদে। আমেরিকানা ইবাক্তা লান্দাখি। মসিগী মরু ওইবা মরম অমদি - আমেরিকাদা থোকখিবা সেপ্তেম্বর ১১গী থৌদোক অদুদা সদ্দাম হুসেইন চেন্নে, মাসু য়াওই হায়বসিনি। অদুবু মসিগী মতীক চাবা প্রমান অমত্তা লৈতে। আমেরিকানা ভাবনা শাবা ঙাক্তনি। আমেরিকানা তৌরিবসি নমথাক লৌনম, অরানবা ঙাক্তনি।

হৌজিক আমেরিকানা ইরাগতা লান্দাদুনা লান ঙম্লে। অদুবু মখোয়না ফংগনি হায়না ভত্তনা লাউরিবা - Weapons of Mass Destruction অদুদি অমত্তা ফংদ্রে। কমদৌবা ? অদুবু আমেরিকাদি বেবা লৈতে। মথমদি, মখোয়গীদি মখোয়না পাল্লিবদু অচুম-অরান খঙদনা হেক্তা তৌগনি হায়বনি। The United States Can do Whatever The Hell It Wants, And That's Official '

সদ্দাম হুসেইন্না ইবাক্কী প্রসিদেন্ত ওইরবা মতমদা, মানা এপ্রিল ১৯৮০ দা সিয়া কয়া হাৎখি। মসিদা আমেরিকানা মখল-মখা কয়াগী মতেঙ পাংখি। ইবাক্তা ইরানগা চহী ৮ লান শোক্লবা মতমদসু আমেরিকানা মখল-মখা কয়াগী মতেঙ পাংখি। ইবাক্তা ইরানগা চহী ৮ লান শোক্লবা মতমদসু আমেরিকানা ইবাক্কী মতেঙ পাংখি। অদুগা হৌজিক্তা আমেরিকানা সদ্দাম হুসেইনবু হাৎনবা কবিগী কোয়তান তান্নরি ? মথমদি, আমেরিকাদি তৌনীংবত্তা তৌবা য়াই। মখোয়না লান তৌনীংলবদি হেক্তা তৌবা য়াই।

হৌজিক্তি দেমোক্রেসী হায়বসি ফাগি তারে। 'Empire is on move, and Democracy in its sly new cry ' দেমোক্রেসী হায়বসি আমেরিকানা নৌনা শাবা, কবিগুম্বা অমগা য়ান্নবগা খুদক্তা চাবা য়াবা, অহোংবা অচাপোৎকী পোৎথোক অমগুম্লে

- Instant-Mix Imperial Democracy   দেমোক্রেসী অসিবু করিগা চাবিনীংবগে - মাখনগা নৎত্রগা জামগা তোৎলগা চাবিগেবা ? নৎত্রগা বোমগা তোৎলগা চাববসু য়াগনি।

ঐখোয়না ত্তি ভিদা আমেরিকানা ইবাক্তা লান্দাবা অসিগী অশেংবা, মীৎনা উবা পাউদম ওইনা য়েংবা ফংজে। দুকান, হোতেল, ম্যুজিয়মনচিংবা লুত তৌবা, পোৎ-চৈ ফোংনা হূরানবদু উজে। মসিদা আমেরিকা অমসুং বৃতিশকী লাম্নীশিংনা কবিসু তৌদনা, তূমিন্না য়েংদুনা লৈ। মসি কবিগীনো হায়ববু ঙাক-শেন্নবগী হকুমদি ফংদে। অদুনা ইরাকী লন-থুম ঙাক-শেনবদা মখোয় কবিসু থৌশাদে। অদুগা ইবাকী Oil field কয়াদি য়াম্না চেকশীন্না ঙাক-শেন্দুনা থম্মী।

ইবাক্তা আমেরিকানা লান্দাদ্রিঙৈ মমাঙদা মখোয়না ইবাকী মফম ১৬ খক ঙাক-শেন্নবা হান্না শেম-শাদুনা থম্মী। মদুগী মনুংদা ইবাকী দি নেসনেল ম্যুজিয়ম অসি অনীশুবা মশীংদা লৈ। অদুগা পৃথিবীগী খ্বায়দগী লিববা সভ্যতাগা মবী লৈনবিবা, মমল য়াম্লবা পোৎ-চৈ কয়া থন্নিবা ম্যুজিয়মগী পোৎ-চৈ হূবানবা অমসুং মাঙহন-তাকহনবা মতমদা তূমিন্না য়েংদুনা লৈ। অদুগা মিনিস্ত্রি ওব ওইলগী মফম অদুদি ফজনা ঙাক-শেন্দুনা থম্মী। মসি কবিনো ?

আমেরিকানা হায় - ইবাক অসি মনীং-মখা তমহল্লগনি। কবম্না মখলগী নীংতম্বনো খঙদে। হৌজিক ইবাক তুম্না মাঙলে। মী কয়া চবা হেন্দুনা শিগদৌবি। হন্দক আমেরিকানা তৌদুনা ইবাকপু মনীং তমহন্দুনা নুংঙাইহল্লগনি হায়বিবসি ফাগি মখল অমনি। ঐনা খনবদা মসি - 'Operation Let's Run a Race, But First Let Me Break Your Knees' হায়বদুনি। লমজেল তান্নসি, তৌবতবু ঐনা হান্না নখূবাই থুদেক্কে হায়বদুনি।

তৌবিবা লান, মীহাৎ-মীপুন, হিংসা, মীশি-মীনা অসি দেমোক্রেসীগী মমিংদা তৌবিবনি। ঙসিদি দেমোক্রেসী হায়বা পৃথিবীগী খ্বায়দগী শেংলবা ৱাহৈ অসি অৱাবা ফীবমদা লৈবে। নোংম-নোংমগী ফীবম শোকপা হেঞ্জিল্লক্রে। মসি অর্থ য়াওদ্রবা, কান্নদ্রবা, অহাঙবা ৱাহৈ অমা ওইবে। দেমোক্রেসী অসি ঙসিগী নীং-খা তম্লবা পৃথিবী অসিদা ওক্তবীগী শক্তম লৌবে - লমচৎ নাইদবী, শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়াবা। আমেরিকানা মীবমদা অনৌবা দেমোক্রেসী শন্দোক্লবা হোৎনরিঙৈদা ময়ূমদা লৈবিবা দেমোক্রেসী অসি শিবে। মরমদি, লান তৌবদা চঙলিবা পৈশা ময়াম অসিনা আমেরিকাবু য়াম্না ৱাহল্লে। লান্দা শিবিবশিং অদু লায়ববা মীচম সিফায় ঙাক্তনি। অচৌ-অশাংগী মচাশিংদি থোইনা য়াওদে।

অদুনা ঐখোয় নীংতম্বা তান্নবা অনৌবা লালহৌ অমা চঙবা তাই। মবমদি নীংতম্বা হায়বসি সরকারনা হরাওনা পীবক্কদবা লৈত্রে। মসিদি নমদুনা, মুন্দুনা লৌগদবনি। মসিগীদমক্তা পৃথিবীগী মীয়াম্না অচৌবা বিবোলুসন অমা হৌগদবনি। মসি আমেরিকা হায়রিবা নখোয়গী লমদম অসিদগী হেক্তা হৌবা য়াই। মবমদি, নখোয়গী লমদম অসিদা সিবিল সোসাইতিগী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। নখোয়গীদি য়ানীংদবা ফোঙদোকপা ওন্নগী ফজববা ইতিহাস, ত্রেদিসন লৈ। (You have a rich tradition of resistance ) মমিং চংলবা, Howard Zinn না ইবা 'A People's History of the United States' হায়বদু পাদুনা য়েংবা য়াই। অদুনা লালহৌ অসি আমেরিকাদগী খোঙজঙ চঙশিন্নবা হোংনবসি। ঐখোয়গী য়ানীংদবা ফোঙদোকপগী অধিকার লৈ। লান তৌসি হায়বসিগী য়ানীংদবগী অধিকাব লৈ। মিসাইল ময়াম কাপ্নবা পুথোক্লকপদা য়ানীংদ্রদুনা থিংনবগী অধিকাব লৈ। ইবাকপু লান ওন্নগী থৌবম পাঙথোকপদা য়ানীংদবগী অধিকাব লৈ। তমথিবা, হিংচা-য়াইতম্বা ওইদবা হায়বসি কয়াদা ফজখ্রবনো। নুংশিনসি য়েংথীনবগী মহৎতা, মদুম ওইসি নাইতোম তাবগী মহৎতা।

ঐহাক নখোয়গী প্রসিদেন্তকী মায়োক্তা বা হায়বা কয়া পামজদবনি। নখোয়গী *দেশ অসি শক্তি লৈত্রবা*, অচৌবা লৈবাক অমনি। *নখোয় অসিগুম্বা* অচৌবা লৈবাক অসিগী মতীক চারবা নাগবিকনি। ইতিহাসনা নখোয়দা খুদোংচাবা অমা পীবি। মসিগী খুদোংচাবা অসি নাম্থোকখিদনবা হোংনগদবনি। ●

## গ্লোবেলাইজেসনগী লমজেন্দা চিনা অমসুং ইন্দিয়া

*- চীংলেন মাইস্নাম*

য়েক্নবা নম্বব ব্রানগী মিংথোল পীবম্বা চিনাবু ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অমুক মদুম নম্বব ব্রানগী থাক্তা পুখৎলকপসি ইতিহাসিক ওইববা য়াম্না চাউবা অহোংবা অমনি। য়ুমলোন্নবগা মরী ফত্তনা শান্তি অমদি চাওখৎপগী আশা তৌবা কান্নবোই হায়বসি হৌজিক্তি ভাবত সবকাবসু মমীৎ পাঙলকপা মাল্লি। শ্রীবাজপায়গী চিনা খোঙচৎ অসিনা মালেমগী মীশীং খ্বাইদগী য়াম্বা লৈবাক অনী অসিগী মরীদা অনৌবা ইতিহাসকী লামায় অমদি হাংলে।

নকশীন্নবক্লিবা মথী অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা ভারতনা চিনাদগী অচৌবা পারা অমা তমহৌনবা হোৎনগদবনি। মরমদি মশুং-মমান্নবা ওইনা হৌমীন-কামিন্নবকপা লৈবাক অনী অসি হৌজিক দিকেত মঙা মখায়রোম অসিগী তুংদা সমাজ অমদি শেন-থুমগী হীবমদা সমুদ্রগা লাংখোংগা লাপ্নবগুম লাপ্লবে।

ইতিহাসকী লামায় হেক ফাক্লবদা লৈবাক অনী অসিগী মান্নবা চুশিন্নবা মতাঙ কয়া লৈ। মরু ওইনা মান্নবা মতাঙ খবদি - অনীমক অবিবা সিবিলাইজেসননি, অচৌবা লৈবাক্লি, মীশীংদসু মকোক মথংনি, অনীমক এগ্রাবিয়ান সোসাইতিদা য়ুম্ফম ওইবকপনি, লোইলম অমদি ফ্যুদেলগী নীতিগী অওৎ-অনৈ চপ মান্ননা থেংনবকপনি। ইন্দিয়ানা ১৯৪৭ তা নীংতম্বা ফংখি, চিনানা ১৯৪৯ দা ফংখি। ইন্দিয়াগী নীংতম্বগী গোল্ডন জুবিলী ১৯৯৭ তা পাঙথোকখি, চিনাগী বিবোলুসনগী গোল্ডন জুবিলীনা ১৯৯৯ দা পাঙথোকখি।

লৈবাক অনী অসিগী খ্বাইদগী চাউনা খেন্নবিবা মতাঙদি - নীংতম্নবা মতুংগী চাওখৎ-খোঙথাঙগী লম্বেল খনবদনি। নীংতম্নবা মতুংদা ইন্দিয়ানা কেপিতেলিষ্ট পাথ খনখি, বিবোলুসন মতুংদা চিনানা সোসিয়েলিষ্ট পাথ খনখি।

হৌজিক্কী গ্লোবেলাইজেসনগী মালেম অসিদা লৈবাক অনী অসিগী লৈনবিবা সমাজ অমদি শেন-থুমগী ফীবমগী থাক অদু চাউবাক্লা চাংদমদুনা নৈনজবি।

বার্ল্ড দিবলপমেন্ত বিপোর্ত ২০০৩ গী মতুং ইন্না চিনাগী মীশীং অসি ২০০১ দা মিলিয়ন ১,২৭১.৯ য়ৌবে। ইন্দিয়াগী মীশীংনা মিলিয়ন ১,০৩৩.৪ য়ৌবে। মীশীংদা চিনানা হেঙ্গবগসু লৌউ-শিংউ য়াবা লমগী পাক-চাউবদি ইন্দিয়ানা য়াম্না হেল্লি। ইন্দিয়ানা এবেবল এবিয়াগী পাক-চাউবা মিলিয়ন হেক্তর ১৬৯.৭ ফংবদা চিনাগীদি মিলিয়ন হেক্তর ৯৫.৮ খক্তমক ফংঙি। মসিগী মক ওইবা মবমদি চীংগী শকক্লা নম্বননি। অদুবু চাইনীজ বিবোলুসন মতুংদা পোংথোক পুথোকপগী শক্তি ফগৎহনখিবা অমদি লৌয়াম চাবগী নীতি মপুং ফানা মূৎথৎখিবগী ফল ওইনা ঙসিদি মিলিয়ন মেত্রিক তোন ৪৯২.৫ গী চীঙ্গাক্কী পোংথোক পুথোকপা ঙল্লে। ইন্দিয়াগী ফিগবদি মিলিয়ন মেত্রিক তোন ১৮৩.২ দগী হেনবা ঙমদ্রি। বার্ল্ড দিবলপমেন্ত বিপোর্ত ২০০৩ গী মতুং ইন্না লায়ববগী পনখৈ মখাদা লৈবা মীশীংসু চিনাদা চাদা ৪.৬ লৈবদা ইন্দিয়াগীদি চাদা ২৬.১ দা লৈবি। মীকোক্কী আয়দসু তঙ্খায় খেন্নবি। ইন্দিয়াগী মীকোক্কী আয় দোলব ৪৬০ ওইবদা চিনাগীদি ৮৯০ ওইবি।

**তেবল-১**

| [illegible] | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ইন্দেক্স | চহী | য়ুনিত | ইন্দিয়া | চিনা |
| মীশীং | ২০০১ | মিলিয়ন | ১,০৩৩.৪ | ১,২৭১.৯ |
| চহীগী গ্রোত বেত | ১৯৯০-০১ | চাদা | ১.৮ | ১.০ |
| চীঙ্কাকী পোৎথোক | ২০০২-০৩ | মিলিয়ন তোন | ১৮৩.২ | ৪৯২.৫ |
| বিলো পোবর্তি লাই | ২০০০ | চাদা | ২৬.১ | ৪.৬ |
| মীকোক্কী আয় | ২০০১ | দোলব | ৪৬০ | ৮৯০ |

* ১৯৯৮

*লৌথোকফম : বার্ল্ড দিবলপমেন্ত রিপোর্ত ২০০৩ অমসুং ইকনোমী সর্বে ২০০২-২০০৩*

১৯৪৯ দগীনা হৌজিক ফাওবা চৎথবক্লিবা চিনাগী ইকনোমীক প্রোগ্রেস অসি অঙকপা ফেনোমেনা অমা ওইরি। লৈবাক অসিদা থাদবিবা মীবৈবাক্কী শেল (এফ দি আই) অসি ২০০৩ দা দোলব বিলিয়ন ৫০ য়ৌগনি পারি। ২০০১ দসু দোবল বিলিয়ন ৪৬.৮৪ য়ৌবা ঙমখি। অঙকপদি ইন্দিয়াগী চহী ১২ গী ইকনোমীক রিফোর্মগী চহীদা পূম্না থাদবকখিবা মীবৈবাক্কী শেলদগী চিনাদা থা ৬ খক্তংদা থাদবা শেনফম্না হেন্না য়াম্মী। মখাগী তেবল অসিদা মমাঙগী চহী ৬ অসিদা লৈবাক অনী অসিদা থাদরকখিবা ফোরেন দাইরেক্ত ইনবেসমেন্তকী শক্তম উৎচবি ঃ

**তেবল-২**

| ফোরেন দাইরেক্ত ইনবেসমেন্ত (যু এস দোলর মিলিয়ন) | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | ১৯৯৬ | ১৯৯৭ | ১৯৯৮ | ১৯৯৯ | ২০০০ | ২০০১ |
| চিনা | ৪০১৮০ | ৪৪২৩৭ | ৪৩৭৫১ | ৪০৩১৯ | ৪০৭৭২ | ৮৬৮৪৬ |
| ইন্দিয়া | ২৫২৫ | ৩৬১৯ | ২৬৩৩ | ২১৬৮ | ২৩১৯ | ৩৪০৩ |

*লৌথোকফম . বার্ল্ড ইনবেসমেন্ত রিপোর্ত, ২০০২*

চাইনীজগী শক্তমদা সোসিয়েলিজম শাগৎপা হায়বা দেং সিয়াওপীংগী থিওরীনা লমজীং মৈবা ওইদুনা চৎথবকখিবা ইকনোমীক রিফোর্মনা ঙসিদি চিনানা চহীদা বিলিয়ন দোলব ৩০০ গী পোৎথোক মীবমদা য়োনবা ঙম্লে। য়ু এস এ খক্তদা বিলিয়ন দোলব ৭৮.৪ গী পোৎ য়োম্লে। ত্রেদ সবপ্লস অমদি ফোরেন একচেঞ্জসু মথং শীৎনা দোলব বিলিয়ন ২৪.৭ অমদি ৪৬০.৫ য়ৌবা ঙম্লে।

**তেবল-৩**

| [illegible] | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | চহী | এক্সপোর্তস | ইম্পোর্তস | ত্রেদ বেলেন্স | ফোবেন একচেঞ্জ রিজার্ব |
| চিনা | ২০০২ | ৩০০ | ২৭৫ ৩ | ২৪.৭ | ৪৬০.৫ |
| ইন্দিয়া | ২০০২-০৩ | ৩৮ ১ | ৪৩.৮ | - ৫.৭ | ৬৯ ৮ |

***লৌথোকফম : ন্যুজ ফ্রোম চিনা, মার্চ ২০০৩ অমসুং ইকনোমীক সর্বে ২০০২-২০০৩***

সোসিয়েলিষ্ট মার্কেত ইকনোমী হৌদ্রিবৈ মমাওদগী সমাজ, শেন-থুম অমদি লৈঙাক নীতিদা মরা চেৎপা ফীবম অমা লৈবা ঙমখিবা অদুমক্তা মী শেম্বগী লমজেলদসু য়াম্না হেন্না মাওজিন থাবা ঙম্লি। ইন্দিয়াগা চাংদম্নবদা চিনানা মাওজিন থাবিবসি হ্যুমেন দিবলপমেন্ত, জেন্দব দিবলপমেন্ত অমদি জেন্দব ইম্পবাবমেন্ত অহুম্মক্তনি। মদু মখাগী তেবল অসি য়েংবিবগা খঙবিগনি।

**তেবল - ৪**

| হ্যুমেন দিবলপমেন্ত অমসুং জেন্দর দিবলপমেন্ত | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | হ্যুমেন দিবলপমেন্ত ইন্দেক্স-বেঙ্ক | হ্যুমেন দিবলপমেন্ত ইন্দেক্স | জেন্দব দিবলপমেন্ত ইন্দেক্স | জেন্দব ইম্পবাবমেন্ত মিজব |
| | ২০০০ | ২০০০ | ২০০০ | ২০০০ |
| চিনা | ৯৬ | ০.৭৪১ | ০.৭২৪ | ০.৪৮৩ |
| ইন্দিয়া | ১২৪ | ০ ৫৭৭ | ০.৫৬০ | ০.২৪০ |

***লৌথোকফম : হ্যুমেন দিবলপমেন্ত বিপোর্ত ২০০২***

অবিবা সিবিলাইজেসনগা সবোয়নবকপা চিনাগী সোসাইতি অসি মোদর্নাইজেসনগী লমদা মায় পাক্লা চঙশিল্লকপগা লেয়ননা হকশেলগী লমদসু ইন্দিয়াদগীদি য়াম্না হেন্না মাওজিল থাগ্রে। ন্যুক্লিয়াব পাবব ওইজবগসু ইন্দিয়াদি প্রজাশিংদা অফবা থক্রবা ঈশিং ফংহনবা ঙমদ্রি, তি বি অমদি মেলেবিয়া জয় তৌবা ঙমদ্রি। মমাগী মথাদা লৈবা অঙাংশিংগী শিবগী চাং য়াংলি। অদুবু চিনাগীদি সোসিয়েল সেক্তবদা সেন্ত্রেল অমদি লোকেল বজেৎশিংনা নীংথিজনা মীৎয়েং চঙবনা ইন্দিয়াগী ফীবমদগী য়াম্না হেন্না ফবা ঙম্লি। হকশেলগী লমদা লৈবাক অনী চাংদম্নবগী শক্তম অদু তেবল-৫ দা উৎচবি :

তেবল-৫

| [illegible] | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ইন্দেক্স | চহী | য়ুনিত | ইন্দিয়া | চিনা |
| তি বি নাবা মীশীং | ১৯৯৮ | লাখ অমদা | ১১৮৩ | ৫২ |
| মেলেরিয়া নাবা মীশীং | ১৯৯৮ | লাখ অমদা | ২৭৫. | ৩২.২ |
| ঐচআইভি/এইদস | ১৯৯৮ | মিলিয়ন | ৪.১ | .৪ |
| লাইফ এক্সপেক্তেন্সী | ২০০০ | চহী | ৬৩ | ৭০ |
| চহী ৫গী মখাদা লৈবা অঙাং শীবগী চাং | ১৯৯৯ | লীশীং অমদা | ৯০ | ৩৭ |

*লৌথোকখম: ৱার্ল্ড দিবলপমেন্ত রিপোর্ত, ২০০৩ অমসুং হ্যুমেন দিবলপমেন্ত রিপোর্তকী চেফোঙশিং*

তুরিজমগী কৈথেলদসু চিনানা মালেমদা অচৌবা মফম অমা কনবা ঙম্মি। চৎলিবা ২০০৩ অসিমক্তদা তুরিজমদগী লাকনি পাবিবা ফোরেন একচেঞ্জ আর্নিং অসি বিলিয়ন দোলর ২১.৫ নি। শম্না চিনাগী চহী অমগী তুরিজমগী বিবিন্যুগা কোমথোকপা য়াবা পুম্নমক কোমথোক্লগা কৌশিল্লুবা ইন্দিয়াগী চহী ১২ গী মীরৈবাক্কী শেল (ফোরেন দাইরেক্ত ইনবেসমেন্ত) গী অপূনবা শেনফমগা হাইফেৎ মান্নে। লমকোয়বা লাকপা মীরৈবাক্কী মীশীং অমদি ইনবেস্তবশিংদা য়াম্না ফিদম্নীংঙাই ওইবা শান্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইনা উহনবা ঙম্বা অসিমক রিফোর্ম পেবিয়দ মমাঙদা লৈখিবা সমাজ অমসুং শেন-থুমগী অচেৎপা য়ুম্ফম অদুনা পীবা খুদোললনি। হায়বিবা য়ুম্ফম অসি ইন্দিয়াগী ওইনদি লৈবা ঙমখিদে মদুমক্লা রিফোর্ম অসি এসেতকী মহুৎ প্রজা অমদি ইকনোমীদা লায়েবিলিতিজ ওল্লকপনি। মখাগী তেবল অসিদা লৈবাক অনী অসিদা লৈনবিবা তেলিবিজন, তেলিফোন, কম্প্যুতবগা ইবোইননা ফোরেন তুরিস্ত চঙলকপগী শক্তম থমজবি:

তেবল-৬

| তেলিবিজন, তেলিফোন, কম্প্যুতর অমসুং ফোরেন তুরিষ্টকী শক্তম | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ইন্দেক্স | চহী | য়ুনিত | ইন্দিয়া | চিনা |
| তেলিবিজন সেত | ১৯৯৭ | লীশীং অমদা | ৬৪.০ | ২৫২.০ |
| তেলিফোন | ১৯৯৬-৯৮ | ” | ৬৯.০ | ২৭২.০ |
| ললাই কম্প্যুতর | ” | ” | ৩.০ | ৯.০ |
| ফোরেন তুরিস্ত | ২০০৩ | মিলিয়ন | ২.৪ | ১০০ ০ |

* ১৯৯৭

*লৌথোকফম : ন্যুজ ফ্রোম চিনা, মার্চ ২০০৩ অমসুং য়ু এন দি পিগী চেফোংশিং*

মথক্তা পীজরিবা লৈবাক অনী অসিগী ফেক্তস অমদি ফিগর্স ময়াম অসি কুপ্না য়েংলগদি এগ্রাবিয়ান সোসাইতিনা য়াওলেন শরু ওইরিবা লৈবাক অনী অসিদা করম্বা সিস্তেম্না হেন্না চুশিন্নবগে হায়বদুগী চপ চাবা পাউখুম অদুমক ফংবা ওমগনি। ইকনোমীক রিফোর্মনা এসেত ওইবগী মহৎ ইন্দিয়াদা লায়েবিলিতিজ ওল্লক্লিবসি করিদগীনো হায়বদুগী হৌরকফম লীশুন থিবদা হৃদক্কী বাজপায়গী খোংচৎ অসিনা চিনাদগী পারা খরদি শোয়দনা ফাবমলগনি। ●

# হিংবা ওমগে ওম্মু ওম্মোই তোকউ মনিদকে মুখৎপা মরম শুকচা চাদে

*- এমিয়া*

ভাবত সবকাবগা মণিপুব সরকাবগা ইনবা এম ও য়ু (মেমোবেন্দম ওব অন্দবস্তেন্দিং) দা মনিদকো (মণিপুব ইন্দষ্ট্রিএল ডিবলপমেন্ট কোপোবেসন) মুখৎপগী বাফম পুশীল্লক্লবদি মণিপুবদা ইন্দষ্ট্রিএল ডিবলপমেন্টকী বাফম পুমতোক তোকঅসি হায়বনি হায়না এমিয়া (ওল মণিপুর এন্টবপ্রেন্যুর্স এসোসিয়েসন) না ফোংদোক্লি।

মণিপুবদা শেল-থুমগী ফীবম ফগৎনবা অমসুং মীয়ামগী স্বার্থদা চাওখৎ-খোংথাং পুবক্লবা লীংখৎখিবা মতম অমগী কোর্পোরেসনশিং ওসি মশানা মশাবু হিংজনবগী ফীবম উবক্তবদগী মুখৎপগী খোংথাং লৌখৎলম্বদি য়াই অদুবু মণিদকোগুম্বা কোর্পোবেসন অমগী ওইনদি হিংবা ওমগে ওম্মু ওম্মোই তোকউ মুখৎপা মবম শুকচা চাদে। মদুগীসু মথক্তা ভাবত সবকাবনা অবাং নোংপোক লমশিংগী মনুংদা মণিপুব অসি ইন্দষ্ট্রি লৈতবা লমনি হায়দুনা 'নো ইন্দষ্ট্রিজ ডিষ্ট্রিক্ট' হায়না ফাওবা লাউথোক্লুনা লৈবি। অদুনা মণিপুব সবকাবনা মুখৎনবা প্রস্তাব *তৌববসু ভাবত সবকাবনা হৌজিক মণিপুবগী ওইবিবা* ফীবম অসি য়েংলগা য়াফম থোক্তে। কোর্পোবেসন অসি হেন্না ফগৎনবা পান্বে থিবনা তুংগী মীবোলগী অফবা ওইগনি হায়না এমিয়াগী চেবোল অমনা হায়বি।

মণিপুবদা লৈবিবা অতৈ কোর্পোবেসনশিংগা মণিদকোগা হীবম কয়ামুক্তা খেন্নবা লৈ হায়না ফোংদোক্লদুনা চেবোল অসিনা হায়বি, মণিদকোদি মশানা মশাগী ইনকম তাঙ্গবতা নত্তনা লমদম অসিদা লাইবিক লাইশু হৈববা থবক ফংদ্রবা নহাবোল কয়াদা

মশানা মশাবু থবক পীজনবগী তোঙান-তোঙানবা ট্রেদতা লোন পীদুনা লাক্লিবা কোর্পোরেসন অমনি। ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা লৈবিবা কম্মর্সিএল বেঙ্ক অমত্তনা কনাগুম্বা লন্নাই এন্টবপ্রেন্যুব অমত্তদা লোন পীনিংবগী বাফম লৈখিদে। সেন্ট্রেল স্পোন্সর্দ প্রোগ্রাম খরা তৌদবা য়াদবগী নমফুদা তৌবনি। অদুবু কোর্পোবেসন অসিদি লমদম অসিদা অপীকপা উদ্যোগশিং লীংখৎনবা হায়দুনা লন্নাই মীওই, মক ওইনা লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোল কয়া য়াওনা মীওই ১,৫০০ গী মথক্তা লোন পীদুনা লাক্লি। ঙসি ফাওবদা কোর্পোবেসন অসিনা লন্নাই অপীকপা উদ্যোগ লীংখৎনবা লুপা কোতি ১৯ গী মথক্তা লোন পীখ্রে। অদুবু লাইবক থিবদি ঙসি ফাওবদা পীথখ্রিবা লোনশিং মতম চানা শিঙ্গৎলক্তবগী বাদনি। লোন শিংদবগী মতাঙ অসিসু তোঙান-তোঙানবা ফেক্টব কয়া লৈখ্রে। ফেক্টরশিং অদুদি - মণিদকোদা পোলিটিকেল ইনভোল্বমেন্ট চাউনা লৈখিবা। ফিজিবল/ভাইএবল ওইবা য়ুনিৎশিংদদি ফাইনান্স তৌদবা অকনবা পোলিতিকেল প্রেসবদগী লান্না লোন পীবা; লোন লৌখিবা ইন্দস্ট্রিএল য়ুনিৎশিংনা সিক ওইবকপা (ইন্দষ্ট্রি তৌবদা মতম মতমগী অহোংবা কয়ামুক লাকপা মবন্না); থবক নীংথিনা শেন্দোং লৈনা তৌবিবা ইন্দষ্ট্রিএল য়ুনিৎশিংনা লোন শিঙ্গৎলক্তবা; কোর্পোবেসনগী মাকেদগী করিগুম্বা মতম চানা লোনগী শেনফম ট্রেইং এন্দ দিসবর্সমেন্ট তৌবা ঙমখিদবনচিংবনি।

লোন তোল্লিবশিংনা নোংমা নোংমা নক্তগা নোংমদি লোন অদু শিংদবা য়াবোই হায়বা অয়ান্বনা ভাব তানৈ। মণিদকো মুখৎত্রবদি লোন পুম্নমক শিংদবা য়াবগনি হায়না খনবা কনাগুম্বা লোনী খবা য়াওবল্লোই হায়নিংঙাইদি লৈতে। অদুবু মতাঙ অসিদা লোনীশিংনা খঙগদবসি মণিদকো মুংখিবা তাববদি তোল্লিবা লোনশিং অদু খোমগৎনবা ভারত সরকাবনসু অয়াবা পীদুনা লাক্লবা অকনবা এক্ট-পব্লিক দেটবিকোববি এক্ট অসি মণিপুরদা খুদক্তা চৎনরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে হায়বসিনি। অসিগুম্বা এক্ট অসি চৎনরকপা মতমদা কবিগুম্বা মখল অমত্তগী কোমথোক-কোমশীন লৈগদবা মান্দে। মবম অসিনা মণিদকোনা লোনীশিংগী য়েংদুনা শেল শিংবগী খুদোংচানবা হায়দুনা ও টি এস (বান টাইম সেট্টলমেন্ট) পোলিসি হাংদোক্লিবসিগী খুদোংচাবা লৌবা তাই। লোনী খবসু পোলিসি অসিগী মখাদা লোন শিংবা হৌখ্রে হায়না চেবোল অসিনা হায়বি।

হৌজিক ফাওবদা মণিদকোনা লোনীশিংদগী খোমগৎকদবা শেনফম অসি লুপা কোতি ৬৮গী মথক্তা ওইবি। হায়বিবা শেনফম অসিদগী য়ামদ্রবদা লুপা কোতি অনীগুম্বদং খোমগৎলগা আই ডি বি আই (ইন্দষ্ট্রিএল ডিবলপমেন্ট বেঙ্ক ওব ইণ্ডিয়া) অমসুং

সিদবি (স্মোল ইন্দষ্ট্রিজ ডিবলপমেন্ট বেঙ্ক ওব ইণ্ডিয়া) দা শিংদোকপ্নগা হান্নগী মতৌগুম লোন পীবা হৌনবগী অকনবা থবক হৌজিক-হৌজিক চঙশীল্লি হায়নসু চেরোল অসিনা হায়রি।

চেরোল অসিনা হায়রি, হৌজিক লৈবিবা ফীবমদা মণিদকো মুৎখিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈতে। মবমদি মখা তানা বিফাইনান্সকী থবক চখনবগীদমক হন্দক্তা মবিপুব সবকাবনা ভাবত সরকারগা য়ানখিবা এম ও য়ুগী মখাদা মুখৎপ্রবা য়ুনিৎশং - মণিপুব ড্রগ এণ্ড ফাবমাসিটিকোল লিমিতেদ অমসুং মণিপুব পলপ এন্দ এলাইদ ইন্দষ্ট্রি অনী অসি মণিদকোগী এসিস্তেদ য়ুনিৎ ওইবনা য়ুনিৎ অনী অসিনা পীখৎলক্কদবা শেনফম লুপা কোতি ৫/৫ গী মথক্তা ওইরি। হায়রিবা শেনফম অসি আই ডি বি আই অমসুং এস আই ডি বি আইদা পীখৎলগা অথুবা মতমদা বিফাইনান্স তৌনবগী পান্দম লৈরে।

কবেক্ট দাউন সাইজিং পোলিসিগী মখাদা ডি আবে এসকীদমক কোর্পোবেসন অসিগী এমপ্লোয়ী ২০ মুক্তা দবখাষ্ট থাবকপ্রে। কোর্পোবেসন অসিগী স্তাফ সেলাবি মশাগী ইনকম্না পীনবা হোৎনবি। পূম্নমক অসিগীসু মথক্তা কোর্পোবেসন অসিনা মণিপুবদা ইন্দষ্ট্রিএল ডিবলপমেন্টকী লমদা এ এস আই ডি ই (এসিস্তেন্স টু ষ্টেট ইন্দষ্ট্রিএল সডবলপমেন্ট ওন এক্সপোর্ট) কী ষ্টেট নোদাল এজেন্সি ওইনা থবক তৌবি। ইন্দষ্ট্রিএল ডিবলপমেন্ট ওন এক্সপোর্ট) কী ষ্টেট নোদাল এজেন্সি ওইনা থবক তৌবি। ইন্দষ্ট্রিএল গ্রোথ সেন্টবগী ইমপ্লিমেন্টিং এজেন্সি ওইবি। দে মেটবিএল বেঙ্ক ওব ইনফ্রাস্ত্রকচবেল ডিবলপমেন্ট অমসুং মার্কেটিং এসিস্তেন্ট স্কিম টু এস এস আই য়ুনিৎসু প্রদক্টসনচিংবগী থবক পায়খৎলি। পূম্নমক অসিনা মবম ওইদুনা মণিপুবদা কোর্পোবেসন মুখৎনবগী লৌবক্লিবা খোঙথাং অসিদা মণিদকোগী ব্রাফম পুশীল্লকপা মবম চাদে। লমদম অসিগী তুংগী হৌবক্লিবা মীবোলগী য়েংলগা হেন্না কনখৎনবা অকনবা মীৎয়েং চঙশীনবনা হেন্না অফবা ওইগনি হায়না চেবোল অসিনা হায়রি। ●

## সরকারনা দায়ত্ব লৌশদবনি : ট্রাইচরণিং

ইম্ফাল, জুলাই ১১: অটসম (ওল ট্রাইবেল স্তুদেন্টস য়ুনিয়ন মণিপুব) গী ইকনোমিক ব্লোকেদ অমসুং গবর্নব-ইন-কাউন্সিল এপ্রুব এদ-হোক টিচর্স এসোসিয়েসনগী ব্লোকেদতা গাড়ী মৈ চাকপা অমসুং য়ৈখায় থুগায়বা থোক্লিবা খুদীংমক্কী দায়ত্ব মণিপুব

সরকারগী ওইংগদবনি হায়না ওল মণিপুর রোড ট্রান্সপোর্ট ড্রাইভর্স এন্দ মোতোব বার্করস য়ুনিয়ন্না চীফ মিনিস্তরদা দাবী তৌরে।

য়ুনিয়ন অসিনা চীফ মিনিস্তরদা পীবা মেমোবেন্দম অমদা, গুবাহাটিদগী ইম্ফাল তন্না লাকপা কংলৈপাক টুরস এন্দ ট্রাভেলসকী বস অমা (এম এন ০১/১২৪৩) নিউ কারোংদা থুগায়বীরে, নামরুপ্তগী হায়র পুদুনা লাকপা ট্রক অমা (এ এস ২৫ সি / ৫৮৮৫) খোংনেম বস স্তেন্দ মনাক্তা মৈ থাদোকপীরে অদুগা ট্রক কয়া অমনা নেসনেল হায়বে নম্বর - ৩৯ গী মফম কয়াদা মৈখায়-থুগায়বীরে কোণ্ডদোকখি।

ইকোনোমিক ব্লোকেদ অমসুং ব্লোকেদগী পাউ ফংদবগী চণ্ডশীল্লকপা গাড়ীশিং সাকাবনা মাওদগী ঙাকপী-শেনবীবল্লবদি খুদোংথিবশিং অদু অমত্তা থোক্লক্লোইদবনি। অদুনা থোকত্রিবা থৌদোকশিং অদু খংশেন্না থোকহনখিবা ঙাক্তনি। থৌদোকশিং অদুগী দায়ত্ব মণিপুর সবকারগী, ওইংগদবনি হায়না মেমোবেন্দম অদুনা দাবী তৌখি। ●

---

## অফ ফত্তগী দাইত্ত সরকারনা পুগদবনি

---

ইম্ফাল, জুলাই ৬: মণিপুব স্পিনিং মিল কোর্পোবেসন লিমিটেদগী শিগ্নীশিংগী পীকম থোকপা শেনফমশিং অথুবা মতমদা সবকাবনা পীথোকপিয়ু। কবিগুম্বা শিগ্নীশিংনা তৌবিবা দাবী অসি সবকাবনা থওইদ্রবদি মদুদা থোকহল্লিংদবা থৌদোকশিং থোক্লককপগী দাইত্ব সবকাবনা পুগদবনি হায়না কোর্পোবেসন অসিগী ইমপ্লোয়িজ এন্দ বার্করস য়ুনিয়ন্না হায়বি।

লোইতাং খুনৌদা লৈবিবা স্পিনিং মিল ভাবত সবকাবগী দিসইনভেষ্টমেন্ট পোলিসিগী মখাদা পব্লিক সেক্টবশিং মুখৎলকপগী পোলিসিদা য়াওহন্দুনা শিগ্নী কর্ম্মচাবি অপুম্বগী পুক্সিদা মাংহনবিবে। মণিপুব সবকাবগী অবাংবা থাক্কী মীটিং কয়াবক ফমদুনা কোর্পোবেসন অসি মুখৎনবা ব্রাবেপ কয়াসু লৌখিবগা লোইননা শিগ্নী কর্ম্মচাবিশিংগী ফংফম থোকপা শেনফমশিং চহিসিগী মার্চ থা ফাওবগী মনুংদা পীথোক্কনি হায়না লাওথোকপ্লগা কবিমত্তা তৌদনা লৈশিনখ্রে। মসিগী মখা তাবকপদা মার্চতগী হৌবগা থা ৩ গী তলব হাপচিল্লগা জুনগী অহানবা চয়োল ফাওবদা শিগ্নীশিংগী ফংফম থোকপা শেনফমশিং পীথোক্কনি হায়বগা হৌজিক ফাওবা কবিমত্তা তৌদনা লৈবে। থবক থদংপীববা শিগ্নীশিংগী ফংফম থোকপা থা ৪৫ গী তলব য়াওনা ভোলুন্টিয়ব বিটয়ার্দ

ঙিমগী মখাদা ফংফম থোকপশিং অথুবা মতমগী মনুংদা পীথোকপীরবদি মখোয়গী পুন্সি হিংজনবগী পান্থৈ অমা ওইগদৌরিবনি। কন্মর্স এন্দ ইন্দষ্ট্রি মিনিষ্টৰ মশামক্লা কোর্পোরেসন অসিগী কর্ম্মচাবিশিংগী থা ৬ কী তলব পীথোক্কনি হায়না লাওথোকখ্রগা ভুমিন্না লৈশিনখ্রিবসি মশানা ঙাংথোকখিবা ৱাফম ঙাকচন্দবনি। লোইননা পব্লিক সেক্টর সেক্টব য়ুনিটশিং মুথৎপদা থব়ায় য়াওবগুম্না শিন্নীশিংগী ফংফম থোকপশিং পীথোকপদা থবায় য়াওরম্লবদি থাগৎলমগনি। ●

# ড্রাইভর অনিনা লৈখিদ্ববদা

ইম্ফাল, জুলাই ২০: হৌখিবা তাং ১৮ গী নোংয়াই মতুং পুং ১.৩০ বোম তাবদা নিমলুগব বাজাব মনাক্তা ওইল টেঙ্কব (এম এন ০১/৫২১৭) এক্সিদেন্ট থোক্লুনা লৈখিদবা ড্রাইভব অনীগী অশিবা হকচাং অদু ইম্ফালদা পুবকখ্রে।

লৈখিদ্রবা ড্রাইভব অনী অদুদি - য়ুম্লেম্বম প্রেমকুমাব সিংহ (৪৫), অপোকপগী মিং, নুংশিচান্দ সিংহ অমসুং পাউনম বুথি সিংহ (৪৬), অপোকপগী মিং, লৈখিদ্রবা য়াইমা সিংহনি। য়ুম্লেম্বম প্রেমকুমাব, অসামগী কছাব ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা ইটকোলাদগীনি। অদুগা হৌজিক-হৌজিক্লা খুন্দ্রাকপম মখা লৈকায়দা লৈবনি। অদুগা পাউনম বুথিনা তেবা য়াম্বেম লৈবক্তগীনি। থৌদোক অদুদা সেকেন্দ ড্রাইভবসু শোকখি। মহাক্কী মমিংনা অঙোম প্রেমকুমাব এলিয়জ বোবোই (১৮), অপোকপগী মিং, কুঞ্জবাজ সিংহ কৌই। সেকমাই অবাং লৈকায়দগীনি। মহাক মখা তানা বিমস হোস্পিতালদা লায়েংবগী থবক চথবি হায়না ওল মণিপুব পেট্রোলিয়ম টেঙ্কর্স ড্রাইভর্স য়ুনিয়নগী চেয়োল অমনা হায়বি।

য়ুম্লেম্বম প্রেমকুমাব অমসুং পাউনম বুথিগী অশিবা হকচাং অদু ইম্ফাল য়ৌবক্লবা মতুংদা য়ুনিয়নগী বেটিং সেদ মমাঙদা থম্নগা অব়াবা ফোঙদোকপগী থৌবম অমা পাঙথোকখি। থৌবম অদুদা শকক য়াথিবশিংনা মখোয় অনীগী মফমদা অবোইবা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎনখি। শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎপদুদা ওফ সি এসকী মিনিস্তব, শ্রীপিএচ পবিজাৎ, ওল মণিপুব পেট্রোলিয়ম টেঙ্কর্স ড্রাইভর্স য়ুনিয়নগী প্রসিদেন্ট, শ্রীবি নবচন্দ্র শর্ম্মা, আই ও সি লিমিতেদ (অসাম ওইল ডিবিজন) গী ইম্ফাল দিপোটকী মেনেজব, সেক্যুবিতি অমসুং সেক্যুবিতি স্তাফশিং য়াওখি। শ্রীপিঐচ পরিজাৎনা মহাক্কী দিস্ক্রেসন্নবি ফন্দদগী লুপা লীশীং ১০ মতেঙ ওইনা পীখি। ড্রাইভব অনিনা লৈখিদবদা এ. আই. টি. ইয়ু. সি. মণিপুবনা অব়াবা ফোংদোক্লি। ●

# মণিপুর মেগক্রুইট ফেক্টরিগী কর্ম্মচারিশিংগী হক য়ৎপীগনু

ইম্ফাল, জুলাই ১৮: মণিপুরদা য়াম্না মায় পাক্লা হৈ মহি শুংবগী ফেক্টরি অমা ওইরম্বা মেগক্রুইট ফেক্টরিবু ইং ২০০১ গী মার্চ ৪ দা শকখঙদবা মীওই খবনা মৈ থাদোক্লম্বা মতুংদা চহী ২০ রোম হেন্না ফেক্টরিসিদা থবক শুবক্লবা কর্ম্মচারিশিংবু ঙসি ফাওবা সবকাবনা করিমত্তা খঙবীদনা লৈরিবসি লাইবক থিনিংঙাইনি। হৈ-বাদগী শেম্বা তোঙান তোঙানবা আইটেম ৪৬ রোমগী পোখোক পুখোকপগা লোয়ননা ভারতকী ষ্টেট কয়া অমদি রসিয়ানচিংবা মপাল্লমদগী লৈবাক কয়াদগী পোখোকশিং অসিবু চাওনা দিমান্দ তৌবকপা মরিপুগী মক ওইরবা শেম্বোকলম্বী ওইবা য়াবা ফেক্টরিশিবু অমুক হন্না হিঙ্গৎহনবীয়ু হায়না মরিপুর মেগক্রুইট ফেক্টরি রার্করস য়ুনিয়নগী মাইকৈদগী ফোঙদোক্লি।

জুলাই ১৮ দা, ইম্ফালগী ইরাবত ভবনদা লৈবা ওল মণিপুর নুপী মকপগী ওফিসতা মরিপুর মেগক্রুইট ফেক্টরি রার্করস য়ুনিয়ন অমদি ওল মণিপুর নুপী মকপ অনিনা পুন্না শিন্দুনা পাঙথোকখিবা পাউমীশিংগা উন্নরগী থৌরমদা নুপী মকপকী জোইন্ট সেক্রেটরী ক্ষেত্রি তমা দেবীনা হায়খি, ইং ১৯৫৮ দা এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টকী মখাদা লিংখৎখিবা মণিপুর মেগক্রুইট ফেক্টরি অসি সং ১৯৭৭ তা হোর্টিকলচর এন্দ সোইল কঞ্জার্বেসন দিপার্টমেন্টকী মখাদা অমুক লৈখি। ফেক্টরিসিনা য়াম্না মায় পাক্লা থা অমদা লুপা লাক্ষ ৯ রোমগী হৈ মহি পুখোকপা ঙমখি। ইং ১৯৮৩ দগী ১৯৮৭ ফাওবদা ভারতকী রাংমদা, রসিয়া লৈবাক্তা মেত্রিক টোন ২০০ রোম থাদোক্লুনা চাওনা শেল তানবা ঙমখি। অদুবু তানখ্রিবা শেনফমশিং অদু হোর্টিকবচর দিপার্টমেন্টকী ওফিসার খরনা লন্নায় ওইনা শিজিন্নখিববা হায়বগী চিংনবা লৈ। হোর্টিকলচর দিপার্টমেন্টদা শেল কয়ামুক ইনকম ওইনা কারকখিবা হায়বগী চে চাং লৈতে।

শকখঙদবশিংনা মৈ থাদোক্লল্লবা ফেক্টরিসি অমুক হন্না হিঙ্গৎহন্দুনা ফেক্টরিসিদা থবক শুজরম্বা কর্ম্মাচাশিংবু থবক শুবগী খুদোংচাবা পীবিনবা কয়ারক হন্না হোর্টিকলচরগী দাইরেক্তরদা অমদি কম্মিশ্নার কে হেনবিদা খঙহনখ্রবসু সবকাবগী শেল লৈতে হায়দুনা নমশিন্দুনা থম্বীরি। ফেক্টরিসিগী কর্ম্মাচারিশিংদা নত্তনা হৈ-বা থাজবিবা লৌমী কয়াগী খুদোংচাবা পীগদৌরিবা ফেক্টরিসিগী হৌজিক ওইরিবা মওং অমদি কর্ম্মচারিশিংগী থেংনবিবা খুদোংচাদবা খুদিংমক লাক্লিবা জুলাই ২৫ অমদি ১৬ তা নিউ দিল্লিদা পাঙথোক্কদৌরিবা নেসনেল ফেদরেসন ওফ ইন্দিয়ান রুমেলকী মীফমদা শরুক য়ারুগদৌরিবা ওল মণিপুর নুপী মরুপকী মীওইশিংনা পুখোক্লুনা খঙহল্লগনি। লোয়ননা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর অমদি এগ্রিকলচর মিনিষ্টরনচিংবদা মেমোরেন্দম পীদুনা

খঙহন্নবা হোৎনগনি হায়না ক্ষেতি অমানা ফোঙদোকখি। মৌবমদুদা মণিপুর মেগফুইট ফেক্টরি বার্কর্স য়ুনিয়নগী সেক্রেটবি শ্রীমতি এন অমুসনা দেবীনা হায়খি চহী ২০ হেন্না ফেক্তবিসিদা থবক শুদুনা হিংনবগী পান্মে ওইজরিবা কর্ম্মচারিশিংগী পুন্সিবু লম্মখাংদা খঙথৎ থদৎপসি মণিপুর সরকাবগী কবন্না ফিরেপনো। সবকারনা কর্ম্মচারিশিংগী অব্রাবা অসি কোক্লবা হোৎনবীয়ু। ওল ইন্দিয়া ত্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস মণিপুব ষ্টেট কম্মিটিগী সেক্রেটবি টিএচ মেঘচন্দ্রনা হায়খি, হৌজিক ফাওবা কর্ম্মচাবিসিংগী মৎশীবিবা হকসিগী মতাংদা হায় কোর্টতা কেস অমা লৈবি। ভাবতকী মনুংদা কিহোমগী মকওইবা ইন্দষ্ট্রিগীদমক মমিং চৎলিবা মবিপুববু ষ্টেটসিগী সবকাবনা মাংহন্নবা হোৎনবে হায়না মহাক্না ফোঙদোকখি। ●

# হন্না য়েংবীদ্রবা হেন্দলুম কোর্পোরেসন

- ওকে রাজেন সিংহ

মণিপুব অসি ঙসি ফাওবদা ইন্দষ্ট্রিগী মেপতা য়াওবা ঙমদ্রি। অদুম ওইনমক মণিপুব ফিশা-লোনশাগীদমক্তদি ইণ্ডিয়াদা মমিং চৎলি। ফিশা-লোনশা হায়বসিনা লৌউ-শিংউবগী হেক ঙমথংদা লৈবিবনি। মণিপুবদদি ফিশা-লোনশা হায়বসি মমাংঙৈদগী হৌনা তৌদ-য়াদবগুম য়ুমথোঙ খুদিং, কাচিন-কোয়া, লোয়না চীংয়া-তময়াদা শান্নবকপা ঙাক্তনি। মণিপুব হেন্দলুম এন্দ হেন্দিক্রাফ দিবলপমেন্ট কোর্পোবেসননা মসিদা চাওববা থৌদাং লৌদুনা হকথেংননা অমদি নাকোয়ননা শৃফম নোমফম খঙদ্রবা ফিশাবীশিংদা অমদি লৈবাক অসিগী শেনমিৎলোনদা অচৌবা মতেং পাংদুনা লাকখি। অদুবু হৌখিবা চহি ৫/৬ অসিদা কোর্পোবেসন অসি গবর্ণমেন্টনা হন্না য়েংবীদবগীবা নৎত্রগা মেনেজমেন্টনা শোয়বদগীবা হৌজিক্তি অঙকপা ফিবম অমদা লৈস্রে। কোর্পোবেসন অসি মণিপুব গবর্ণমেন্টগী মখাদা লৈবনি হায়বসি কোর্পোবেসন অসিগী চেয়াবমেনসু ওসবীবিবা ওনবেবল মিনিষ্টব কম্মর্স এন্দ ইন্দষ্ট্রিনা কবিমত্তা খঙদবগুম তৌবি। কর্ম্মচাবিশিং অসিগী তলব ফংলক্রবা চহি ৫ (থা ৬০) হেল্লক্রে। চীংগী ইচিন ইনাও কয়াসু থবক তৌবিবনি হায়দুনা ময়ুম থাদোক্তুনা ওফিস কান্নবি। কর্ম্মচাবিশিং অসিগী মচা-মশুশিংসু লাইবিক লাইশু তমহন্দবা য়াদে চাদবা য়াদে অদুবু অচৌ অশাংশিংদি থোইদোক্না অঞাবা উদে। কোর্পোবেসন অসিগী তলবসু অতে ডিপার্টমেন্টগুম্না বিভাইস স্কেল ফংবসু উদে। কোর্পোবেসন অসিগী তলবসু অতে ডিপার্টমেন্টগুম্না বিভাইস স্কেল ফংবসু নত্তে। ঙসিগী ৱাববা মতম অসিদা কোর্পোবেসন অসিদা থবক তৌবিবা কর্ম্মচাবি

শিং করম্বা ফিমদা লৈরমগদগে হায়বসি মীওইবা, ৱাখল খনবা ওম্বা জীব অমা ওইনা মরী লৈনবা অচৌ-অশাংশিং অমদি লৈবাক্কি মপী-মপা ওইবশিংনা অমুক্তং খন্থফম খোক্তববা ? মচা-মশু শেম্বা ওমদবা কোর্পোরেসন অসিগী কর্ম্মচারিশিংগী মচাশিংনা নীংবা থুলক্তবদা করম্বা অফবা মী ওইবক্তদগে হায়বসি ময়ামনা খওনরবা ৱাফম ওাক্তনি। খাওবদা ওন্নক্ত্রবা কর্ম্মচাবিশিংনা থবক্তগী পোখাজরগে ফংফম থোকপা খরদা ওইববসু পীবীরো হায়দুনা পাক্তকুনা মীওই ১৩০ গী মনুংদা ১০৮ না দবখাষ্ট থাগ্রে অদুবু ওসিগী গবর্ণমেন্ট অসিনা মনা-মনীল নাইদনা তুমিন্না লৈথোকপিরি।

মণিপুর গবর্ণমেন্টদগীসু নত্তবা কর্ম্মচাবিশিং অসিনা ৱানা মেলা তৌদুনা তাঞ্জবা শেনফম খবা লৈজবা অসি ফাওবা মেনেজমেন্ট অমদি চেয়াবমেন/মিণিষ্টব কম্মর্স এন্দ ইন্দষ্ট্রিজদা মতেং মতেং ওইনবা কর্ম্মচাবিশিংগী তলবতা এদজষ্ট তৌজগে হায়বা পাওবা পীবীয়ু হায়বফাও য়াবীখিদে। ডাউনসাইজিংগী নমাদা কোর্পোবেসন কয়া অমা মুখৎপদা হেন্দলুম কোর্পোরেসনবুদি হিংহনবীগনি হায়না খাকহৌবে অদুবু ওসি ফাওবা করিগুম্বা মখলগী চাওখৎ থৌরাং অমদি হিংহনবগী লম্বী অমফাও লৌখৎতে। কোর্পোবেসন অসিনা ওসি ফাওবদা লৌখৎপা অমদি তৌখিবা থবকশিং হায়বা ওমলবোই। মণিপুবগী কবম্বা ডিপার্টমেন্টনা মণিপুবগী ৱাংমদা খোক্তুনা লৈবাক অসিগী মমায় ওইহনবা থবক থৌবম অমদি লৈবাক অসিগী পোৎথোকপু মীবৈবাক্তা য়োন্দুনা শেন্দোং চাওনা তানবা কনা য়াওবগে? তলব চাওনা চাবিবা মণিপুবগী ডিপার্টমেন্টশিংনা কোর্পোবেসন অসিগী কর্ম্মচাবিশিংদগী থবক শূবা হেনবা নত্তে অদুবু কনানসু শীংথানবীদনা খুৎশুমন লুপা অমা ফাওবা পীবিদনা অৱাবা কয়া খাওনবি। করম্বা নুমিৎ থাদা কবম্বা মীওইবগী ৱাখল খনবা মী অমা লাক্তুনা কোর্পোবেসন অসিবু হিংহনবীরগদগে ? কোর্পোবেসন অসিগী ইমপ্লোয়ীশিংগী মীহুৎশংনা চেয়াবমেনগা উন্নবগী খুদোংচাবসু পীবিদ্রিবা কবিগীনো ? মতম শাংনা তলব ফংদবগী অৱাবা কয়া মায়োক্রবিবসি খবদা ওইববসু কোক্রনবা অথুবা মতমদা শীনবীবগী মতম ওইদ্রিব্রা ? ●

## 'সরকারগী অরানবা থৌশীলনা এম এস আর টি সি শিথরকপনি'

ইম্ফাল, জুলাই ১৯: সবকাবনা মাওহল্লগা মরাল লৈজদ্রবা কর্ম্মচাবীশিংদা তাইশিন্নদুনা সবকাবনা মরিপুবগী অমত্তা ওাইববা ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসন - এম এস আব টি সি (মণিপুব ষ্টেট বোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোবেসন) মুখৎনবা হোৎনরে হায়না

এম এস আর টি সি ৱার্করস এন্দ এমপ্লোয়ীজ ৱেলফিয়র ওর্গনাইজেসনগী চেয়োল অমনা ফোঙদোক্লি।

এদমিনিষ্ট্রেসন পায়বিবা এমদি অমসুং মণিপুর গবর্নমেন্টকী অয়ানবা ঘৌশীলনা এম এস আর টি সি শিথবকপনি হায়না ফোঙদোক্লদুনা চেবোল অসিনা হায়বি, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী অয়াবা য়াওবগা লোক ১৯৭৬ কী মার্চ ২৭ তগী এম এস টি হায়দুনা লৈরম্বা ডিপার্টমেন্ট অদু এম এস আর টি সি হায়দুনা কোর্পোরেসন ওনখি। কোর্পোরেসন ওনখিবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা মেনেজমেন্টকী থবক খুদীংমক গবর্নমেন্টগী ওফিসারশিংনা তৌদুনা লাকখি। কোর্পোরেসন ওনখিবদগী এম এস আর টি সিগী মেনেজমেন্ট অসি ষ্টেট গবর্নমেন্টকী ওর্দরগী মতুং ইন্না মিনিষ্টর ট্রান্সপোর্টনা চেয়রমেন ওইরগা শেম্বা বোর্দ ওব দিরেক্টরগী মখুত্তা লৈখি। হায়রিবা বোর্দসিগী মেম্বর ১৭ কী মনুংদা ১৪ দি ষ্টেট গবর্নমেন্টকী ডিপার্টমেন্টশিংগী হেডশিংনা ওইবনি। শম্না হায়বদা এম এস আব টি সি মণিপুর গবর্নমেন্টনা মেনেজমেন্ট তৌবা কোর্পোবেসন অমনি। অদুনা মসিগী অফ-ফত্তা দায়ত্ব পুম্বা গবর্নমেন্টকী ওইফম থোকই

গবর্নমেন্টকী তোপ লেবেল ওফিসাবশিংনা মেনেজমেন্ট লৈতবদগী নৎত্রগা লাম্লা মেনেজ তৌবদগী শোইবগা কবিগুম্বা থবক মচা তৌজরিবা কর্ম্মচারিশিংনা দন্দি পীবিগদৌবনো অমসুং কবিগী মুখৎকদৌবিবনো হায়না হংলদুনা চেবোল অসিনা হায়বি, হৌজিক য়াম্না কন্না গবর্নমেন্টকী সাইদতগী অমসুং এম এস আব টি সিগী মেনেজমেন্টকী সাইদতগী এম এস আব টি সি অসি মুখৎনবা প্রোসেস তৌরে হায়না তাবে। অদুবু মুখৎনবা প্রোসেস তৌবা তাববদি ট্রান্সপোর্ট কোর্পোবেসনগী মখাদা তৌফম থোকপনি। সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী এপ্রুবেল য়াওদনা কবম্না মুখৎনবা প্রোসেস তৌবিবনো হায়বা চিংননিংঙাই ওই।

হৌজিক এম এস আব টি সিগী মেনেজমেন্টনা মুখৎনবা প্রোসেস অমা ওইনা এম এস আব টি সিগী কর্ম্মচাবী ২২৫ ভি আব এস (ভলুণ্টবি রিটয়ারমেন্ট স্কিম) কী মখাদা বিটয়াবমেন্ট পীনবা ষ্টেট গবর্নমেন্টদা প্রোপোজেল থাগ্রে হায়না তাই। অদুবু অশেংবদি ভি আর এসকী মখাদা এপ্লিকেসন পীবদি কর্ম্মচাবী ১০৮ খক্তনি। করম্না মেনেজমেন্টনা ভি আব এসগী মখাদা এপ্লিকেসন থাদবা ১১৭ পু ভি আব এসকী মখাদা মুখৎনবা প্রোসেস তৌবিবনো হায়নসু হংলি।

ঙসি ফাওবদা মণিপুবগী মীয়ামগীদমক্তা অবা অনা কয়াদা হায়বদি নাগা-কুকিগী ঈরাংগী মতমদা কোর্পোবেসনগী বস/ট্রক কয়া চিংথোক্লুনা লেম্না শীজিন্নখিবা অমসুং মৈতৈ অমদি মুস্লিম হাৎনবগী ঈরাংদা গাড়ী কয়া শীজিন্নদুনা অমাঙ-অতা থোকখিবশিং অদু গবর্নমেন্টনা নীংশিংবিদে। স্টুদেন্টস কন্সেসনদা পীবিবা চাদা ৫০, অনাবদা পীরিবা চাদা ২৫ অমসুং গবর্নমেন্টনা মীয়ামদা পীরিবা ট্রান্সপোর্টকী খুদোংচাবশিংবু এম এস

আর টি সিনা মায়পুননা পুরিবনি। মসিগীদমক গবর্নমেন্টনা করিসু খনবিদে। লোয়ননা এম এস আব টি সিনা প্রাইভেট বসনা লৌবিবা ভবাদগী হুম্ভুনা লৌবিবা অসিসু গবর্নমেন্টকী অয়াবগী মতুং ইন্নি। অসুক য়াম্না মরু ওইপ্পবা ষ্টেট গবর্নমেন্ট ট্রান্সপোর্ট কোর্পোবেসন অসি মুখৎনবা হোৎনবিবা এস এস আব টি সিগী মেনেজমেন্ট অমসুং গবর্নমেন্টকী মথক্তা এস এস আর টি সিগী কর্ম্মচাবীশিংনা লো কোর্টতা চংনবা শেম শাবে হায়না চেরোল অসিনা হায়রি।

অমবোমদনা শোক ১৯৯৭ কী জনুৱারী থাদগী এম এস আব টি সি, মোইরাংখোমদা কম্প্যুটবাইজ সিষ্টেমদা বেলৱে ওথোবিতিনা ও/এ ইম্ফালগী মিংদা হাংখিবনি। ও/এ ইম্ফাল হায়বসি এগ্রিমেন্ট অমগী মতুং ইন্না এম এস আব টি সিনা নোর্থ ইষ্টর্ন রেলবে সেক্যুবিটি দিপোজিট থম্লগা এম এক্স৬ আর ৩৪১ টদা বেলৱেনা ও/এ হাংদোকখিবনি। অদুবু ইম্ফাল ও/এদা হাংলিবা কম্প্যুটবাইজ টিকেট কাউন্টব অমসিদি শিন্নফম থোকপা ও/এগী ওথোবিতি ওইবিবা এম এস আব টি সিদা শিনদে। ও/এগা মরী লৈনদবা দিবেক্তব ট্রান্সপোর্টতা মেনেজ তৌহল্লি। কাউন্টব অসি এম এস আর টি সিগী কর্ম্মচাবীশিংনা ওপবেট তৌবনি। অদুবু মসিদগী ফংলকপা চাদা ৪ কী কমিসনদি ওপবেট তৌবিবা এম এস আব টি সিদা ফংহন্দে। দিবেক্তব ট্রান্সপোর্টনা ফংদুনা লৈরি। মসিসু গবর্নমেন্টগী অশোয়বা পোলিসি নত্তৱ্রা। অসিগুম্বা অশোয়বা ময়াম অসি লোৎশীন্দুনা থম্লগা কবিগীদমক্তা মবাল লৈজদ্রবা কর্ম্মচাবীশিংবু মাঙনবা গবর্নমেন্টনা শীনবীরিবনো হায়না চেবোল অসিনা হায়বি।

হৌজিক মণিপুবদা লৈবিবা দিপার্টমেন্ট খুদীংমক, অতোনোমস বোদি খুদীংমক আব ও পি ১৯৯৯ ফংহনৱে। অদুবু এম এস আব টি সিদদি হৌজিক ফাওবা ফংহন্দ্রি। মসি এম এস আব টি সিবু মেনেজ তৌবিবা মণিপুব গবর্নমেন্টগী অচান মীবাই নাইবা থৌশীলনি। হৌজিক এম এস আব টি সিগী গ্রেট প্রি অমনা ফংলিবা তলব অসি ষ্টেট গবর্নমেন্টকী অমদি ওতোনোমস বোদিশিংগী গ্রেদ ফোব/পিওনদগী তাই। মসিদা কবন্বা এম এস আব টি সিগী কর্ম্মচাবীনা পেনগনি হায়না চেবোল অসিনা হায়বি।

হৌজক এম এস আর টিসিগী মিংদা ইম্ফাল গুৱাহাটি চেল্লিবা বসশিং অসি এম এস আব টি সিগী গাড়ী অমত্ত নেত্ত। বসশিং অসি এম এস আব টি সিগী বসকুম্না চেলহল্লীবসি মণিপুব গবর্নমেন্টকী দিবেক্টবনা চেলহল্লিব্রা নৎত্রগা কোর্পোবেসনগী এম দিনা মহাক্কী শক্তিদা চেলহল্লিব্রা। মসিগী চপ চাবা ক্লাসিফিকেসন অমা প্রজাদা খঙহনফম থোকই। কবিগুম্বা চেল্লিবা গাড়ীসিনা ফত্ত-নুংদা এক্সিদেন্টনচিংবা থোক্রবদি চেল্লিবা মসকী মপুনা দায়ত্ব পুগদৌবিব্রা নৎত্রগা সবকাব নৎত্রগা কোর্পোবেসনগী তশেংবা বস ওইনা উনবে। বসশিংদি এম এস আব টি সিগী অমত্তা নত্তে। অসুম্না মাঙনবা তৌবিবসি অথুবা মতমদা মবী লৈনবশিংনা য়েংশিনবীয়ু হায়না চেবোল অসিনা হায়বি। ●

# MAY 21-NATIONWIDE GENERAL STRIKE A RESOUNDING SUCCESS


Labour market Samu Makhong


Driver Union Khuman Lampak


Petrolium Drivers Workers' Union Sangakpham


Protes meeting at Masajid Road

The All India General Strike on May 21, 2003 was a resounding success Since the days of the freedom struggle, never before the workers, in agriculture, manufacturing, financial, Commercial, and service sectors had risen enmasse to give vent to their indignation as they have done on this day against the BJP-led NDA government's thoughtless pursuit of the anti-national and anti-people policies

According to reports pouring into the offices of CTUs, the operations in all the ports of the country were severely affected because of the total strike Banking operations in the country came to a grinding halt Despite the intimidation by the management, the employees of RBI, struck work along with the officers and employees in all commercial banks Industries such as oil power, coal, and other



Protest meeting at Nagamapal



Muta Workers' Union, Dharmasala



Keithel Nupi Marup, Protest Meeting at Chakrikom



All Manipur Nupi Marup, Mass rally at Imphal

mining, steel, engineering and textiles experienced massive participation in the strike. Scores of unorganised sector workers have also joined the strike throughout the country

There are also reports of large-scale resort to intimidatory measures, arrests, by the police in different states to prevent the workers from joining the strike Workers have bravely countered those measures

In several states, bandh or bandh like situation had been reported Supporting the workers on strike, lakhs of kisans, agricultural workers, students, youth and women staged actions like rasta roko/rail roko in several parts of the country resulting in widespread disruption of transport system

- Halt to privatisation of profit making and potentially viable public sector undertakings
- No change in labour laws in favour of employers and against the interest of the workers


Stone Crushers Workers' Maharabi


Protest Meeting Burburs Workers' Union


Quary Workers, Sekmai River


Stone Crushers Workers' Union, Lamsang area

- Immediate enactment of comprehensive legislation for the agricultural workers
- No to policies leading to severe aggravation of joblessness and unemployment
- Wider comprehensive social security schemes for all, including workers in unorganised sector
- Restoration of quantitative restriction on import
- Amendment of Payment of Bonus Act by removing all ceilings
- Restoration of 12 per cent interest rate on PF deposits

We warmly congratulate the workers and employees in all sectors, and members of the other mass organisations for making this strike a remarkable event in the resistance struggle against the anti-people and anti-labour policies of the government We deplore the attempts from some quarters to malign the strike as politically motivated We appeal to the leadership of



Stone Crushers Workers Sekmai



Stone Crushers Workers' Union Tendongyang



Dharana at Dharamsala



407-Driver Union Awang AOC

INTUC and MBS to come forward to jointed the mainstream of struggle at least from now on The CTUs and independent unions and federations will soon meet again of action programmes in pursuance of the common demands of workers

## IN MANIPUR

In Manipur on this day at 17 AITUC units protest meetings and dharanas were held with the participation of hundreds of workers and peasants

All Manipur Nupi Marup Keithel Nupi Marup organised a huge rally at Imphal against the torture of drivers by underground outfits, demand of ransom money and against lawlessness

On this day all the banks in Manipur were closed All the medical stores were closed There was no flight service ●

*SINMI NEWS,*
*AITUC MANIPUR*

led government. With the prospective in view, sectoral actions in both the organised and unorganized sector have to be planned. Industrial actions to be developed, programme of solidarity undertaken in support of workers where ever they move into battle, unions are to be revitalized, organisation strengthened and expanded, above all massive political campaign is to be launched particularly among the rural masses. While carrying out the tasks, AITUC in collaboration with other trade unions, mass organisations shall strive to expand the struggle against the pernicious economic policies and take it to a still higher level.

With this perspective the tasks are outlined as hereunder

**Action programme upto December 2003**

⇨ Planned Sectoral actions both in organized and unorganized sectors

⇨ Actions in other industries not covered in sectoral action.

⇨ Approaching rural masses and other sections of working people in a campaign form, distribution of handbills and other propaganda material

⇨ Other actions to be launched in consultation with other Central Trade Unions and independent federations and formations

⇨ Expression of solidarity with sectoral struggles and other industrial actions

## ON ORGANIZATION

In order to further consolidate and expand the following decisions were taken

1) Holding of Special State Working Committee meetings on Organisation in the presence of at least one member of the AITUC Central Secretariat In these meetings functioning of State Centre, affiliation fee payment, functioning of the unions, financial position, areas of expansion and trade union education to be discussed and decisions taken This task is to be completed by 15th September, 2003

2) Special emphasis on Affiliation Fee payment annually Pending dues be cleared by 31st December, 2003

3) Timely submission of annual returns

4) Unions which have not paid affiliation fee for the last 3 years to be specially approached

5) Special Fund Drive with targets given to each State This drive to be completed by 31st October, 2003 with overall target of collecting 15 0 lakhs for the AITUC Centre Statewise allocations are given separately

6) State/Region wise cadre and workers' education programme to be worked out in consultation with ATIUC Centre

## A) SPECIAL FUND - Statewise Allocations

Target (15 0 lakh)
(to be sent to AITUC Centre by 31st October, 2003)

| State | | Amount |
|---|---|---|
| Tamilnadu | = | 1.50 lakh |
| Bihar | = | 0 60 |
| Punjab | = | 0 50 |
| Chhatisgarh | = | 0 50 |
| West Bengal | = | 1 00 |
| Uttar Pradesh | = | 0 50 |
| Jharkhand | = | 0 60 |
| Manipur | = | 0 50 |
| Himachal Pardesh | = | 0 20 |
| Maharashtra | = | 0 60 |
| Madhya Pradesh | = | 0 20 |
| Gujarat | = | 0 25 |
| Rajasthan | = | 0 20 |
| Delhi | = | 0 10 |
| Orissa | = | 0 20 |
| Kerala | = | 1 00 |
| Andhra Pradesh | = | 1 50 |
| Karnataka | = | 0 30 |
| Haryana | = | 0 10 |
| Assam | = | 0 25 |
| Uttaranchal | = | 0 10 |

B Affiliation Fee collection to be raised from 5 0 lakh to 10 0 lakh by December, 2003

C Souvenir - Average 15 0 lakh

*With greetings,*

Yours comradely,

**(Gurudas Das Gupta)**
General Secretary